# ꯁꯦꯟꯅꯁꯤ ꯏꯕꯃꯗꯝ ꯀꯜꯂꯁꯤ ꯏꯔꯦꯕꯥꯛ

# শেন্নসি ঈবমদম কল্লসি ঈরৈবাক

সঞ্জেনবম ভানুমতি দেবী




পেত্রিওটিক রাইতর্স ফোরম
মণিপুর

**SHEMLASI EIRAMDAM KALLASI IREIBAK**

(*A collection of 115 Manipuri Lyrical Poems*)

By Sanjenbam Bhanumati Devi
Khagempali Pankha, Nganapithong, Imphal

অইবী : সঞ্জেনবম ভানুমতী দেবী

অহানবা ফোঙবা : ২০১৩, জুলাই

মফোঙবা : রাকেশ নাওরেম্বা
পেট্রিওতিক রাইটর্স ফোরমগীদমক ফোঙদোকপা

মখুম : মাইকেল কোন্থৌজম শগোং মীং

কপি মশীং : ৫০০

মমল : লুপা ১৫০/- (পেপর বেগ)
: লুপা ১৮০/- (লাইব্রেরিগীদমক)



লাইরিক ফংফম : অইবীগী য়ুম
: ইম্ফালগী লাইরিক যোনবা দুকানশিং
: পেট্রিওতিক রাইতর্স ফোরমগী ওফিস

নম্ফম : লমযানবা প্রিন্টর্স শেনুং লম্পাক, ইম্ফাল। (L/B 25 13)



নোংদম থীবা মপোক্তা
অখাক- অবাউ থেংনকবে
তনৌবিবী লৈবাংনা
পোমশাৎননা কেল্লকপা,
তত্তনা ঈনিল লাংলিবা
ঈশৈগী সুব ছন্দনা
নৌনা লৈশাৎ তমহনখি,
তনৌ তনৌ হিংহনখি।

ঈশৈবু থব্রায় হাপ্লিবা
নুংশিজবা ঐগী ইবুং ও'
কোনোয় মিংলেন 'জযকুমাব'
ঈংজ তপচ লেমজব ও'

ঈবুংনা থব্রায় হাপ্লিববা
ঐগী ঈশৈ পবেংশিং
নখুয়াদা কৎচবি
নৌবিযুকো লৎনদনা !!

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

পেট্রিওটিক ৱাইতর্স ফোৰম, মণিপুর ইং ২০০৮ গী ফেব্রুৱারিগী চৈচৎ ১০ দা ইবা পামজবা নহা-অহল্শিং পুনশিল্লগা লিংখৎপিবা লোয়নশিল্লোন (সাহিত্য) গী লূপ অমনি। ঙসিদি লূপ অসিগী তেনখ্রবা চহী খরা অসিদা তোঙান-তোঙানবা মখলগী লাইরিক ৩৬ ফোঙদুনা মণিপুরী লোল অমদি লোয়নশিল্লোন চাওখৎনবা হোৎনবদা থৌদাং খরা যাবা ফংজরে।

ফোৰম অসিনা ঙসিদি অইবা অইবীশিংদা পুরক্লিং থৌগৎপা ঙইনা চহী খুদিংগী তোঙান-তোঙানবা এৱার্দ মরী অমসু পীজরে। লাইরিক নৈনবা, থিজিন খোঙচৎ, সম্মিনার অমদি চেফোঙ ফোঙবনা ফোৰমগী মরু ওইবা থৌরম ওইনা পাঙথোক্লুনা লাক্লি।

ফোৰম অসিবু নুংশিবীরদগী অইবা অইবী কযানা ফোৰমগী মখাদা লাইরিক কয়া লেপ্পনা ফোঙনবক্লি। যাম্না নুংঙাইজবিবদি শক্লাইরবী অইবী শঞ্জেনবম ভানুমতি দেবীনা ইবা ঈশৈ-ময়েক্কী লাইরিক "শেম্লসি ঈবমদম বল্লসি ঈরৈবাক' অমা ফোৰমগী মিংদা ফোঙবীরকপা অসিনি। লাইরিক অসিনা লমদমসিগী মশীং লীক্লা লৈরিবা ঈশৈ ময়েক্কী লাইরিক্কী খুৎলীংথেক অমদি শোয়দনা ওইরগনি। লাইরিক অসিদা যাওরিবা লাইশোন ঈশৈশিং, লৈপাক নীংবা ঈশৈশিং অমদি মতম ঈশৈশিং অসিনা অনৌবা খুন্নাই অমগী মঙ মঙলদা শোয়দনা মতেং ওইগনি নীংই।

মণিপুরী লোয়নশিল্লোনগী পুৱারী নৈনবকপদা ভানুমতিগী খুৎই মীযাম্না তোপ্পা উরীবা অদুঙম্না লাইরিক অসিদসু মদুগী মমি চাউনা তারি।

লাইরিক অসিদা যাওরিবা ৱাহৈগী লোনচন্দা অতোপ্পা লোন্যান কয়া যাওরিবসি হায়না শকখ্রবা ঈশৈ ওইবনা শেমদোক শেমজিন তৌবদা খুদোং চাদবা থবসু মাযোক্লজে।

অতোপ্লা অমনা ঐখোযগী লোন্দা হন্দোক্লবদসু রাহল্লোক থোক্তবা কযা লৈবনা অইবীনা ইবকপা রাহৈশিং কাযহন্দনা থমজবে। মথংগী লাইবিকশিংদা যাবিমখৈ ইরোল শীজিন্নদুনা ফোঙনবা হোৎনজগে। অবোযবদা লাইবিক অসি মীযামদা থম্মোয শেংনা পাবীনবা অমদি নৈনবীনবা শিন্নজবে।

চৈচৎ ১২/০৭/২০১৩

**বাকেশ নাউবেম**

সেক্রেটবি,

পেত্রিওটিক বাইতর্স ফোবম, মণিপুব

# ৱাহৈ খরদং

সঙ্জেনবম ভানুমতী দেবী মণিপুরী সাহিত্যগী লমদা নৌনা অমুক শক তাকনীংঙাই লৈত্রবী অইবীনি। 'খোঙ্জেলসিবু নঙগীবা' (১৯৮২), 'কল্লবা ঈবৈমদা অসুম অসুম' (১৯৯১) 'অবোইবা ৱাহং' (২০০১), 'নাক্রো ঐখোয পুল্লসি' (২০০৬) 'ওইবগদ্রা অবোইবা (২০১১), হায়বা শৈরেং লাইরিক মঙা পুথোক্লুনা মনিপুরী সাহিত্যদা শৈরেং হৰা অমা ওইনা মফম কনবা ঙম্লবীনি। মসিদসু নত্তনা 'খুনুশিংগী লাঞ্জেন (২০০৯) হায়বসিদা হন্দোক্লোয অমা ওইনা সাহিত্য একাদেমি মনা ফংখ্রবীনি। অদুবু অইবী অসিনা অহানবা খোঙদাবকখিবা অমসুং নীযামদা শক তাক্লবখিবদি সঙ্গীত কলাগী লমদা ঈশৈ ইবা অমা ওইননি। ভানুমতী ১৯৬০গী অঙনবা মতমদগী হৌনা আকাশবাণী ইম্ফালগী শকখঙনবী। ঈশৈ ইবীনি। মবম অদুনা মহাক্কী শৈরেংশিংদা তাঙ্কব নাইবা ঈশৈগী সুর অমসু ছন্দবু পামজনগী মতৌ অদুবুদি খক লোৎশিন্দনা থম্মা ঙমখিদে।

কুম মাথোইশুবা চহী চা হৌবকপগী মণিপুরী শৈরেংগী থোইদোকপা শক্তম অমদি ঈশৈ মখেক্কী লাইরিক ফোঙদবক্লুনা সাহিত্যগী মচল অমা ওইনা পুথোক্লবপা অসিসু অমনি। মসিগী মমাঙদা ঈশৈগী লাইরিক ফোঙদবরসু ঈশৈ ইবশিংগী লুপনচিংবা শেমদুনা ঈশৈ লাইরিকশিং ফোঙনবকপগী শক্তম অসিদি মমাঙদা অমুক্তা উখিদ্রি হাযবা তাই। অসিগুম্বা ফিভমসিদা অইবীনা কুইনা ইথোক্লুনা থম্বীবল্লবা থওইবীদ্রবা ঈশৈ মখোকশিংনা ৱাৎথোনা তৌবকখিবা নিংঙাইদা মহৌশানা থম্মোয নৌজবী অইবী খাঙদুনা লৈবা ঙমখিদে। মতৌ অসুম্না তাঞ্জা অসিদা অইবীনা 'শেম্লসি ঈবমদম কল্লসি ঈবৈবাক' হাযবা ঈশৈ ১১৫ যাওবা লাইরিক পুথোক্লবা হোৎনখি।

অতৈ কলাগী মচলশিংগী মনুংদগী কবিতা অমসু, ঈশৈদি মতম নৎত্রগা বিদমনা মপুংনি। মবম অদুনা পুন্সি, ঈজ্জগী মকম চাউনা লৈ। ফজবা ঈশৈদা থম্মোযগী কল্লা চোংলিবা মিঙ্গল শোযদনা ফাওগনি। কবিতম্বদা থোৎলবা লৈনানা নৎত্রগা মোল্লবা উচেক্কী মতুনা শোকপগী অমেঙবা, কবিতম্বদা মচীন তুম্লবা খুৎলাযনা কল্লা খিনবগী চৈনাখোল, কলাগী ফজ-নুংঙাইবগী মচু লোক্লুনা থম্মোযদা ফাওহনগনি।

অইবীনা শৈরেংশিং অসি খুদোংচানবগীদমক মখল অহুম খোল্লা খাযদোক্লুনা থম্মি। অহানবা লৈবাক্নীংবগী শৈরেংদা ঈশৈ ৩১ যাওবি, অনীশুবা মতমগী ঈশৈদা ঈশৈ ৬৩ অমসুং অহুমশুবা 'লাইশোল ঈশৈ' দা ২১নি। পুন্না ঈশৈ ১১৫নি। ঈশৈ-শৈরেংশিং

অসিগী মনুংদা নীফূমবি (৪৪) বোমদি সুব পান্দুনা মণিপুরগী শক্লাযববা শৈশকপা শৈশকপীশিংনা শকখ্রবা ঈশৈনি। অদুগা অযাম্বদি লৈখিদ্রবা শৈশকপা এ কে জযকুমারনা শৈবানবনি।

লৈবাকনীংবগী ঈশৈশিং অসি পোক্লফম লমদম মমা লৈবাক, মৈতৈচনু নৎত্রগা মৌতৈ লৈমবু শৈথাবা ঈশৈশিংনা মপুংনি। অইবীগী ইমা অসি মালেম লৈমা, ভাবত লৈমা, মৈতৈ লৈমা, অমসুং পোক্লফম ইমা পূন্নমক কোনশিল্লি। মসিদসু নত্তনা মৈতৈ নুপীগী থৌনা, মবৈবাক্কীদমক থৱায থাখিবা অথৌবশিংবু শৈথাবা ঈশৈশিং যাওবি। অযাম্বা শৈবেংশিংদি আহানবদা মচাশিংগী মাযকৈদগী মমাবু শৈথাবনি, 'ইমা মৈতৈ লৈমা। থৌজানগী ঈবা খিক্রিবী ইমা' (লা ৯), অমসুং 'নুংশিজৈ ইমা মালেম লৈমা, তাইবঙ মীকপ থোকহনবী' (লা ১৪)। অদুগা অনীশুবা ঈশৈ খবনা মমা ওইবীগী মীৎযেংদগী মচাশিং থৌনা লীংজেন হাপ্তুনা পূক্লিং থৌগৎপা ইমাগী পাবি অথৌবা। কোবৌ নোংদোন থক্তগী। লৈচিল থোঙলোন হাংলোনে। মালেমদা নোংগুম্লক্রোনে' (লা ১৩) অসিনচিংবা ঈশৈশিংনি।

কন্নাগুম্বা চহীচাগী অরোইবা দিকেদ তা লমদমসিদা তক্তনা থোকলিবা মীহাৎ মীপুন, অকিবা তৃজুংবা, অপূনবগী শক্তমদা শীংনবকপা, লৈবাক্কী অমসুং লৈঙাক্রোনগী ফিভমদা অইবীদা পীবা চৈথেং —লাঙতক্লবা মিপাইবা, লৈতাদবা রাখল-মঙ° মহাক্কী কলাগী খুৎশেমশিংদা মঙাল তাবা থেংনবি। মহাক্কী হোংলক্লিবা রাখল-মীৎযেং অইবীনা অসুম্না উৎলকই 'লাক্রো কংলৈচাশা, ইমাগী যাইবী কলহৌসি' (লা ১২)। ঈশৈ অনীসি ১৯৯৮ অমসুং ১৯৯৯ দা ইখিবনি। শৈবেংশিং অসিদা 'কংলৈচা' হাযবা রাহৈসি শীজিন্নবকপা লোযননা মবমদমগীদমক মিপাইজবগী মীৎযেং নীংথিনা যেকপা থেংনবি। মসিদসু নত্তনা মতমদুগী শৈবেং খবদা মশানা মশাবু মনুংহজিন্না যেংবগী মীৎযেং উৎনবা হোৎনবকপা থেংনৈ। লাউ ঈচিল ঈনাওশা। লম্বী লাক্লে সোমদা লাউ। কন্নানা কন্নাবু কবিগী হাৎখি। চুমথোকসি ঈশাগী ফিবেপ। চঙশিনসি ঐখোয লেপ্তুনা (লা ২৪)।

মতমগী ঈশৈগী কাঙলুপতা ঈশৈ ৬৩ যাওবি। মসিগী মনুংদা শক্ক অহুম থোকপগী অমদি সুব পান্দুনা শকখ্রবা ঈশৈনি। মখল অসিগী ঈশৈশিং অসিনা লাইবিক অসিগী শক্ক তংখায অমা হেন্না মফম কন্দুনা লৈবি। মীওইবগী পূক্লিংগী ঈঙ্গনবু, মহৌশাগী ফজববু যেন্নীংথা অমদি ওল্লাংথাগী পূক্লিং হুবা শক্তম্বু শৈথাবা শৈবেং কযা মখলসিদা যাওবি। মসিদসু নত্তনা হৌখ্রবা মতমগী পুঙ্গিগী শক্তম, ফজববা ফোক্কী এল্যুজন কযা শীজিন্নদুনা যেরুবা হোৎনবা শৈবেংসু যাওবি। পাউতাক পীবগী ঈঙ্গিৎ যাওবা অঙাংশিংদা মীৎযেং থমদুনা শেম্বা শৈবেংগী মখলসু থেংনদবা নত্তে। অইবীনা মহাক্কী শৈবেংগী তাইবঙ অসিবু মখল মথেলগী ইমেজ কযানা শাগৎলি।

ৱাকচীংগী গুলাবনা, শবতকী থাবলনা তাবমদাই থাজনা মহাকপু গুম্বাংলি। অদুম ওইনমক, নুংশি মপাউ পুদুনা হুন্নিবা মালংগী শঙুমদি মহাক্কী শৈবেংশিংদা তত্তনা তাবা ফংবগুম তৌবি। কবিগুম্বদা অমংবা নোং অমসুং নোংজুথাগী নীংঙাযদবা মতৌনা অইবীবু লাঙতরুহল্লি হে মংলিবা অনৌবা নোং। চুথবোনে নোংখোঙ ফুযনা। অবীবা মব্ধ মযামগী। অনৌবা মযোল চোংনবা (লা ৪৮)। মসিগীসু মথক্তা পাউদমফম খঙদবা অৱাবা ৱাবী কযাগী চৈনাখোল পুবা ঈশৈসু মহাক্কী শৈবেংশিং অসিদা থেংনবি। মতম অমগী খুঙ্গংগী অচম্বা পুন্সিগী মশকপু শৈথাবা শৈৱেংশিংদা —খোযনৌ মতাবোইশিংগা লোয়ননা হি তোংবা ঈন চিংবা, খ্বাংদা তৃঙ্গোল যান্দুনা লোংখোনবা, ঙাফাবা, মসিদসু নত্তনা ফি শাবা, তবেঙ নাইবা লিবি খোইবিবা খুন্নাইগী মশক নীংথিনা যেরুবা হোৎনবি।

লাইবিক অসিগী অবোযবা শব্দক 'লাইশোল ঈশৈ'গী কাঙলুপ্তা ঈশৈ ২১ যাওবি। বৈষ্ণবশিংগী ৱাখল-মীৎযেং অমসুং অধ্যাত্মিকী অৱাংবা ৱাখল ফোঙদোকপা ঈশৈশিংনা মপূংনি। ঈশৈ শৈবেংগী তোপ তোপ্পা মশাজৎ লৈজে। শৈবে॰ খূদিংমক ঈশৈ ওইদ্রবসু ঈশৈ খূদিংমক্তি শৈবেংনি। মবম অদুনা অফবা ঈশৈ মযেক্তি খজিক্তদা যাম্না হাযবা ঙম্বা, তাংথক নাইবা, কুইনা নীংশিংদুনা লৈবা থম্মোযদা কাউঙমদবা মমি তাহনবা ঙম্বা অফবা শৈবেংসু ওইবা তাই। ভানুমতীগী ঈশৈশিং অসি ১৯৬০গী মতমদগী হৌজিক ফাওবগী, চাউবাক্লা চহী যাঙ্খেগী ঈশৈ শৈবেংশিংনি। মতমগী মতৃংইন্না ৱাখলগী মবেপ্তা লোন অমসুং খূৎইদা হেন্না মপূং ফাবকপগী মশক উবা ফংই।

ঈশৈ ইবশিংগী পান্দমদি মশামক্কী শক্লোন লৌবিবা শৈবেংশিং অদুনা ঈশৈ ওম্প্রেক্লগা অতোপ্পগী থম্মোযদা শাইদাংফম অমা ফংজবনি। অফবা কলাকাবগী নুংশিবা খোঞ্জেন্দা ৱাহৈশিং অদুনা মথৱায পানবা অহিংবা মূর্ত্তি ওইনা মবোল থোবকপা অদুগুম্বা ফজ-নুংঙাইবগী মিকুপ অদুগীনি অইবীনা ঈখৌলাংজবিবা। ঐখোযনা থাজে, ঈশৈ অমসুং শৈবেংদা থৱাই লূপচবী অইবী অসিগী ঈশৈ-শৈবেংশিং অসিদা মহাক মশাগী ওইবা তোপ তোপ্পা কলাগী খূৎশেমগী মশক অমা শোযদনা উবা ফংগনি।

ইম্ফাল — পোলেম নবচন্দ্র

১ জুলাই, ২০১৩

# অইবীগী মায়কৈদগী

মতম অসুক কইবক্লবগী মনুংসিদা নোংমতসু ইশাগী ওইনা এ আই আব দা লৈখিবা শকখ্রবা অমদি শকখিদ্রিবা ঈশৈশিং লাইবিক ওইনা ফোঙদোকপগী ব্রাফম খল্লুদে। ঈশৈগী লাইবিক কযা ফোঙবগী থৌবমদি মশীং থী ঙমদনা অদুম যাওজকই। অদুবু নোংমদি ইনা ও বাজকুমাবী সনাহনবীনা ঈশৈ মযেক ইবশিংগী মবমদা ইবা লাইবিক অমা ফোঙদোকপা নুমিৎ অদুদা যাওজকবদগী ঐগী লৈখিবা মযেকশিং ফোঙদোক্লনা খনস্বনা ফগদবা খন্দুনা খোমজিনবা হৌখি, অদুবু এ আই আব দা লৈখিবদি লোইনা খোমজিনবা ঙমখিদ্রে। অফংবা খবদং ফোঙনবা শেম শাখি।

ঐনা লাইবিক ওইনা পুথোক্লগে খনবা মীকুপ্তুদা ঐবু ঈশৈ অমদি কবিতাবু ইনবগী পৃক্লীং ইথিন পীবীখিবা, কবিতা কযাগী থরায় হাপ্লিখিবা ইপা ইবুংঙোবু নীংশীংলকই, পৃক্লীং ইনৌ নৌহল্লি। তশেংনমক ক্লাস সিক্স কাবা হেক হৌবকপা মতম অদুব্রাইদা পাবুংনা ঈশৈ মযেক মযাম ইবগা নুমিদাং নুমিদাং ইমানা চাকথোংলিঙৈদা ফুঙ্গা মনাক্তা ঈদ'কফু চিংল-চিংলদুনা মাযথোঙ মকা লাম্না পাব পাবগা ইমাদা তাহল্লি পাবুংগী নাক্তা ফল্লগা লাইবিক পাবিবা ঐহাকসু অদুম তাই। ইমানা ফজবে হায়বদা পাবুংনা হবাওজৈ। অসুম্না পাবুংনা ইবগী ইথিলগী ইনিলনা পীক্লিবা ঐঙোন্দসু য়ৈখিবগুম তৌমালে ইনীংবা অসুম পোকলকখি। অদুদগীদি লাইবিক পাবা হেক লোইবগা ঈশৈ ইবা হৌই, বাধা কৃষ্ণগী মবমদা থাদুনা অযাম্বা ইখি। ইমান্নবীগা লাই লাংপী শান্নবদা ঐনা বাধা কৃষ্ণ অমদি ললিতা বিশাখানচিংবী সখী নিপালবু থম্নবা অরুংগী বামোনগী (জ্ঞগদীশ শর্মগী) লাইনুংগী সখীশিংদুগী মতৌ মান্নবা যেক্লগা ষষ্ঠীচেদা নর্পাশিম্নগা লৈখোমদা পাযা মতেক যুংশিম্নগা কাতিনা চপতুনা মওং মবীন তাহম্নবা লাইশিংদু ফজনা লেপহন্দুনা পীক্লবা যেনখা মথক্তা লাইগী মন্দিব শেমখি। নিত্তিগী সন্ধ্যা আৰ্বাতি কৎলি ঈশৈ শকই, চীন্না কংসি যৈ, কবতাল পাযদুনা ঐখোয় মবী খকনা শান্নে। মদুদা ঐনা ইজবা বাধা কৃষ্ণগী শৈবেংদু থীদুনা শান্নে। বথ যাত্রা নুমিৎ তবানি হেন্না ব্রাৎলিঙৈদা ফৌ পবেং লেংবা হৌই পীক্লবা যেনখা মচীদুদা। স্কুল হেক কুম্মকপগা ইন্দ্রানী (ঐগী লৈখিদ্রবী মকপ) ইবান্নী ফৌ পবেং মশীং যাম্বা তান্না তান্না লেংঙি। পুম্নমকসি ঈশৈ

ময়েক ইবগা মবী লৈননা লোইনা নীংশীংলকই । কপুবা ঙমদে পুক্সিগী লেপুবা খোঙচৎকী মনুংদা থোক্লিবা থৌদোকশিং নীংশীংবদা ।

অসুম্না ইমাগী নাক্তা ঐগী লাইশোল ঈশৈশিং পাবদা ইমানা য়াম্না নুংশিনা 'ফজে ইচাগীসি পাবুংগা মান্নদৌবে ', হায়বদা ঐনা কয়াদা চবা ওজবা ! অশ্বাইদগী অসুম ঈশৈ ইনীংবগী রাখল পোকখি। চহী খবগী তুংদা এ আই আব দা Approve তৌহন্নবগীদমক পাবুংগী ঈশৈশিং থাখিদুনা পাউখুম ফংলে যাবে । মতমদু ইম্ফালদা Radio Station লৈবমদ্রি, Guwahati দা Branch ওইনা ইম্ফালগী Programme তাপ্লম্মী । মফমদুদা মিং পঞ্জববদা খুমন্থেম প্রকাশ, কে এইচ নবকুমাব, জয়ন্তকুমাব শর্ম্মা, চান্দম গোপালনচিংবা লৈবিবম্মী । চহী খবগী তুংদ ইশাগী ঈশৈ ...শিং - লাইশোল, আধুনীক, লৈবাক নীংবগী পুনশিল্লগা থাগংখিবদা Approve তৌবিবক্তনা এ আই আব গী Lyricist অমা ওইজখি । তসবিবা অসিগী চহী খবগী তুংদ August থাগী তাং ১৩, ইং ১৯৬৫ দা ইম্ফালদা এ আই আব গী Office শংবা তৌখি । মতমদদা চৎখনবশ্ন ঈশৈ ময়েক অমাদি শরুং কলফাংগা মবী লৈননগী মতাংগা থৌজিন্নীগা যাম্নমক খোয়াদে তাযবা তই । মতমদু ... Approved Lyricist খবদগী Manuscript শিংদ Office তা মবী লৈনবা Officer দগী কাগী উপুদা ... চেকশিন্না থম্লীবম্মী । অদুগা Contract ফংলবা শৈশকপশিংদনা Contract Paper দ লৌবা লাকপা মতমদুদা সহিনচিংবা তৌনবগা শৈরেংবশিংগী Manuscript শিংদু Officer দুনা পীবগা মদুগী মনুংদগী মশা মশানা ঈশৈশিংদু পা পাদুনা শরুদবা duration দুগা চান্নবা ঈশৈ মশীংদু মশানা সিল্লগা পুনবা চৎনবম্মি । অদনা মতমদুদা ভশেংন এক ঈশৈ ইবশিংবু approve তৌবগী অর্থ লৈহনসিবম্মী । ইবা মতমদসু চেক্তা লৌশিন্দবনা, কযাবক Reject তৌনবম্মী শক-মায যেংনবমদে ।

অদুম্না খবদং চেকশিনবা থম্নবম্নবদি ভসিগী Lyrical ওইদ্রবা পগুতদদা হায়বদা যাবরোই নীংদুনা 'শাংলো লৈবাং শাংলো / শবাক ফাব্রা শাংলো হায়বনাচংবা ময়েক লীশীং সীশীং থোবক্লিবশিংসি লৈবমলোই হায়জগী ংঙি । অসুক্কী মতীক খাঙবদা রাববা, ইকাই তুজুংবনা থল্লবা, সাহিত্যিক হায়বদু শুক ওই ওইদ্রবা, শৈরেংবু ইকাই খুম্নবিদ্রবা, মফি মবোল যাওদ্রবা, মফম মবাং খঙদ্রবা ওইনা উহল্লবা, মশীং যামলবা ময়েকশিংনা খিঙ খিঙ লাউনা মাযকৈ মবী, শুংদাই নিপান্দগী পাইথোকলকপসিন চহী লৈশিল্লক্রবা, ইশাগী কলচববু নুংশিজবা কয়াগী মফমদদি শিবা ভুমদবগী ঙিংবগা চপ মান্নাবে । শকলিবা মীগীদমকতদি থিংলুবগী অধিকাব লৈজদে অদুবু হায়জনীংবদি এ আই আব দগী Broadcast তৌবা তবকপদদি Office সিদা থৌ পুবিবিবা

পূম্বদি ঈশৈ নোংমাইগী গুন লৈবিবিবনি শোয়দনা অশোয়বশিং খণ্ডবীবমগনি, খুদোংচাদদুনবুদি ওইবিবমগনি । অদুবু মসিদি Direct Contact নিনা Programme শিং যাম্না ফজহন্নিংঙি । Phoning Programme শিংদা নহা অহল খাযদনা 'অবীবা ঈশৈ থাবিয়ু অবীববু হিংহনবীয়ু' হায়বগী ৱাখল্লোন্দা ৱাকৎ কয়া লার্কলিবসিগী মবম খবসু থিগৎপীবা ফৈ খল্লি । লৈবাক অসিদা পোক্লবনা লৈবাকসিগী লৈগা ওগা চুনবা চানবা মযেক অমদি সুব, ময়েক্কা চান্নবা তালনচিংবদ অচীক-অশা ফজনা খাযববা ঈশৈ পন্থুফম থোকপনি । শম্না হাযববদা ঈশৈ তাবগা ফংলম্বা অপেনবগী মহুত্তা শাওনীংবা পোক্ল Radio মুথৎনবা যাওনবে। 'Ignorance is bliss ' হাযবা অসিদা হবাওনা পেনথোক্লুনা লৈবদি ফগদবা মান্দে ।

অসিগুম্বা পেন্দবনা থল্লবা Atmosphere অমদা হিংবসিদা ঈশৈ ঈনীংবগী ৱাখল শিথবা কুইবক্লে। হৌজিক্কী তৌবিবা ঈবাং, শেল খবা চাইথোক্লগা মী লৈবা ভম্বগী শাক্তিবু লৈববদি থেক্কা মযাববা মী ওই কয়া অমা লৈববা, মী অমগী ঈকাই খুম্নবা পূম্ব শেলনা লোইনা ওইহনব ডম্লবা লমদমসিদা - সাহিত্য খণ্ডদে, ঈশৈ খণ্ডদে, শৈরেং খণ্ডদে অমত্তা ঙব ঙকনা মশাক থোকপা লৈখিদ্রে । অদুনা ভশোং ভশোংনা লম্বীশিংসিদ পামঙনা চঙশি নাংপা কাঙদদি ৱাখল হন্নদবা নত্তে ।

লোইশঙ্গবকপদা পঙ্গনীংঙি ইকুই কইদনা Patriotic Writers Forum গা নকশিঙ্গদুনা লাইবিক লৈনবনচিংবা যাওজনবদা চহী নৌবিবা ইচাশিং ইনাওশিংনা সাহিত্যগী লমদা পুকচেল শেংনা, পূক্লাং চঙনা, লমজেল যাঙনা, লেপ্পা নাইদনা, থৈনা লৈনা চঙশিল্লকপা উবগা 'ঐখোয় অহলনা মখোয়বু পক্লাং থৌগৎপগী মহৎ ত্রা তম্বদুনা নীংঙ্গাদনা লৈথোক্লগা ইচাশিংনা কবম্না ৱাখল চাউখৎকদগে' খল্লবদগী অফংবা লৈরে খোমজিন্দুনা মীযামদা শিন্নজবে । অশোয়বা অবাননা পূম্না ভুকপানবা খৎ লোয়না খুকনজবে । অদুগা লেযননা লাইবিক অসি পুথোকচনবা তোৎনজবনা মতেং পাংবীখিবা ইপু খুমলেম্বম ইবোমচা অমদি ঐগী ইপা অতেম্বা বিপিনচন্দ্র, ইচল অতোম্বী সঞ্জেনবম ওংবী ইবেচাগী মফমদা থাগৎচবগা লোযননা তৌনমল খওবা উৎচবি। লাইবিক অসি পুথোকপদা অবাবা শকক পূম্না থৌদাং যাবিখিবা, পোত্রওতিক থাই তর্স কোবমগী সেক্রেটরি ইচা বাবেশ নাওরেমনা প্রুপনচিংবা যেংবদা অবাবা পূম্না কাউদুনা মতেং পাংবীখিবা ইচা ইনাও পন্নমকপু ঐনা থাগৎপা ফোঙদোকচবি ।।

সঞ্জেনবম ভানুমতী দেবী

তাং ১১।০৪।২০১৩

# ꯌꯥꯎꯐꯝ ꯇꯥꯀꯄꯥ
# য়াওফম তাকপা

# পলেম ইমা ইবেম্মা

পলেম ইমা ইবেম্মা
মৈতৈ পোকপী লাইবৈমা
নপাবি পন্থোম চাউজবে
নমোম শবেপ তমজবে
খোল্লাং লমন শিংলগে
থৌদাবীবো ইমানা ॥ ০ ॥

পলেম্মা পামজবা লশিংলৈ
নমু চবৈ ফিযেল্লৈ
চীংযা তময়া হেন্নলৈ
লৈবাং লৈখল সুন লৈ
লৈবাং লৈহুন তম্নগে
থৌদাবীবো ইমানা ॥ ০ ॥

লম্ফেল নাব্রা কোম্বীবৈ
তাক্যেন তাবী কোন্দোলৈ
উনবী পৃক্লীং নুংঙোল্লৈ
মহৌ মকা লাম্নলৈ
লৈবাংজবগে পলেম ও
থৌদাবীবো ইমানা ॥ ০ ॥

(ইং ১৯৬৪)
সৈবাংবা ঃ এ কে জযকুমাব সিংহ

# মিৎনা উবা লাইনি পলেম ইমাদি

মিৎনা উবা লাইনি পলেম ইমাদি
মহাক্কী লমন তোল্লি তোল্লি ।।

মনবীনা মচা যগা উবু নুংশি
মীকুপ 'মত্তা থাদোক্লীংদে
মমানা মচা কয়াম্লুক নুংশি
ভাইত ব যা ওবা কায়ননীংদে
হায় নৈ লৈবগ্রোই মচা নুংশিদবা মমা
ঐখোয়গী নুংশিবী ইমানি ।।০।।

ইমাগীদমক ঐখোয়না হিংলি
খোল্লাং লমন শিংলর্মখনি
মপাবি মমোম ঐখোয়না লৈলি
পলেম পক্লাং পেলহৌ থানা
বাশক লৌবসি ইমাগী হায়বতা ইনসি
ঐখোয়গী নুংশিবী ইমানি ।।০।।

(ইং ১৯৮২)
সৈ হংবা ঃ দ জয়ন্তকুমার শর্মা
'চন্দ্রেং' প্রোগ্রাম

# ইমা ইমা কৌজগে ইমা

ইমা ইমা কৌজগে ইমা
নঙগী নুংশি কোলোয মিংলেন
থম্মোয খুদিং যেকচগেনে
মালেম লৈমা নুংশি মিংলেন ।।০।

নপাবি কযানা ইমাবু ঙাক্লি
নমোম কযানা সেবা তৌবি
খুদাং পিফম নাইবদি লেপ্লু
কবি মতৌনো নুংশিবা ইমা ।।০।।

থৌনা ফবা নপাবি লাক্লেনা
অখাঙ কনবী নমোম লৈর্বনা
ইমাগী কবি বাৎকনি ঙসি
মোমোন মীনোক তম্বীবোনা ।।০।।

হৈজিং ফাব' হৈবাং কযা
হেকচকবে নপাবি এখোযনা
যেন্দাই চোন্না নীংথিব' লৈবাং
থিজকবে নমোম এখোয়না
হৈবাং হৈকক কাজবিযে
লৈবাং লৈহুন তমজবিযে ।।০।।

(ইং ১৯৮৩)
সৈবাংবা ঃ এ কে জযকুমার সিংহ
-(মহৈবোইশিং)

# ঈমা ঈমা পলেম ঈমা

ঈমা ঈমা পলেম ঈমা
কাউণ্ডমদেকো নচাশিংনা
হৌখি' পুন্সি খোঙচংতো
অরা হকশোক লাংখিবদো ॥০॥

কোক্ত পোৎলূম পুদুনা
খ্বাংচেৎ মচি লাংদুনা
নপাবি নমোম য়োকচখিবা
নঙগুপ্পী পলেম ঈমাবু
মফম কৈদ ফংগবা ॥০॥

কোবৌগুম মঙাল চাউনদি
শঙীকুম ঈংনা চীক্রদি
মুৎনাইদনা ঙানখোকো
শোন্নসনু শিদ' মিংথৈ
মালেমসিনা লৈবিথৈ ॥০॥

(ইং ১৯৬৮)
সৈবাংব ঃ এ কে জয়কুমার সিংহ

# শিন্থা পীরো ইমা ও

শিন্থা পীবো ইমা ও
মৈতৈ চনু পলেম ও
নপাবি পাম্বোম চাউজবে
নমোম শবেপ তমজবে ॥ ০ ॥

পৃক্রী থম্মোয শুম্মৎপা
ৱাবী শীংবুল পুন্সিবা
নচাগী নাপ চীক্লা চীক্লা
খজাই লেংঙোল চুপ্পা চুপ্পা
লীবীবোনে পলেমও ॥ ০ ॥

কুমজা কুম ওন কযাগী
লৃবাক তাবৃ নুংদগী
অবিবা মক খৃজোক খৃজোক
শিন্নবীবো নচাশিংদা
শবা শন্না চাইজগে ॥ ০ ॥

পলেম ঈংখোল চাউগোন্নুং
মালেম খোযদৌ লৈকোন্নুং
নৌনা নৌনা নৌতৌনা
নীংশীং নীংশীং নুংওন্না
যেন্নৌ যেন্নীং হুন্নবা ॥ ০ ॥

অবাবা পৃন্না খাঙগনি
নপাবি নমোম ঐখোযনা
খৃজেং পালোযনদুনা
পবেং পবেং লেংদনা
পজেং ফিবাল খেৎচগে
শিদ মিংথৈ যেকচগে ॥ ০ ॥

(ইং ১৯৬৫)
সৈবাংবা ঃ হেবামনি সিংহ
খোঞ্জেল ঃ রুপ - ডি এম সি

# ইমা লৈরি পারিখোয়

আলাব ইমা লৈবি পাবিখোয
পৃক্লীং নীংহন্নগনু

ইমাগী ইবুংঙো হৌগৎলো
ইমোম ওইবী মিকপ থোকলো
খোল্লাং লমন শিংনবা
লানশিংলবো ঙসিদি ।।

কোবৌ নোংমদোল পক্লদি
খাম্বী মৈখু যৌবকলে
ইপাম লমদম নুংশিবা
মৈবিনা লাঙ্গায চল্লকলে
অচম্বা খুনাম থনমদনা
পাবি ইমোম মাঙখিবা
নমা ঐদি খাঙ্‌ঙমলোই
পাবি মীকপ থোকলোনে
ইমোম মীকপ থোকলোনে ।।

মবাল মবীক পক্লবা
নঙগুম্বা পাবি কয়া।।
থল্লায পোম্বা থাদুনা
খাম্বী মৈবক্তা চোংশিনবা
ঈখেং ঈভাঙ পাক্তক্লা
ম্যালেম লৈদা তাবিবা
কনাই মশুংলাংগীনো
নমা ঐসু খঙ্‌ঙিনে
পাবি মীকপ থোকলোনে
ইমোম মীকপ থোকলোনে ।।

(ইং ১৯৯৭)
লৈবাংবা ঃ এস বঙ্কিমচন্দ্র সিংহ
(গ্রুপ) সাহিত্য পরিষদকী অধিবেসন)

# শেৎনবা ইন্নবা ফিরোলনা কদায়

শেৎনবা ইন্নবা ফিবোলনা কদায
চানবা থক্নবা চীঙ্গাক্লা কদায়
ৱাত্ত পাদনা লৈজবম্বা
কদোমদা লোইনা মাঙখববা ।।০।।

লৈফম চাফম মফম খঙদ্রে
পোৎথোফম অমতা লৈখিদবে
মীখা পোনবগী অৱাবদি কোকলে
মীৱা মীশাদি লাংবা লেপ্ত্রি ।।০।।

ঈনীংতম্লা লৈজননবা
ঈখাতম্লা পাঙ্জননবা
ঈশানা ঈশাগী শেমজবসি
ঐখোযনা ঐখোযগী সাজর্বসি ।।০।।

কুমজা কয়া খঙ্জবক্লবা
ৱাখলগী পম্লুংফম য়ৌননবা
ইমাগী সেবা মতোল লোম্বা
ফংজবসিকো ঐখোয পূম্বা ।।০।।

(ইং ১৯৬৪)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমাব সিংহ
গ্রুপ ম্বুল

# ইমা ইমা মৈতৈ লৈমা

ইমা ইমা মৈতৈ লৈমা
থৌজালগী ঈবা থীক্লিবী ইমা
ইবিল নম্মুল অনীমক্রা
থৌগল্লিবী শেংলবী ইমা ।।০।।

চীংলোন মাপলনা কোর্যশিল্লিবী
ঋতু তকক্রা থৌগল্লিবী
মক্রুবা থম্মোয়না লৈতেংলিবী
নঙসে ইমানি লাইবক ফবী ।।০।।

থৌনাফবা নপাবি পোকপী
অখাঙকনবী নমোম শেম্বী
নপাবি নমোমগী থনবদা
অরা মৈশা লাংলবীনি ।।০।।

নতীক নগুন শীংথাদুনা
নুংশি শৈবোল শোঞ্জনীংবা
লোঞ্জন লৈবাং লাযববনা
নীংবা থুংদ্রে শৈবাংজবা ।।০।।

(ইং ১৯৮৩)
শৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমার সিংহ
গ্রুপ স্কুল

# লাক্লে ঙসি ঐখোয় পুন্না

লাক্লে ঙসি ঐখোয় পুন্না
অপুনবগী মশক তাকপা
মালেমগীদি ফম্বাক্তা
ৱাশক খুদিং ঙাক্লবা ।।০।।

পুবকসি মান্নবা ৱাখল
লীচিং অমই মখাদা
লাক্লো চৎসি খুৎশম্মনা
অপুনবগী মশক উৎলমসি
শান্নসি চেনচোংসি
মনুং মপাল ঙালহনসি
ফংগনি থৌনা লিংজেল
মাঙবা নাইদ্রবা শক্তি ।।০।।

লৈজবিবা পাঙ্গল লৌশিং
শেমসি নৌন ঙসিদি
ইপা ইপুগী খুদম কযা
উৎলমসি শেংনা ময়েকলানা
খুদমদুবু উজনগা
লাকসনু লম্বীসিদা
জাতিগী যুম্বীনি নাহাবোল
ওইহনসি অচুম্বা শৈবোল ।।০।।

অচুম্বা ফজবা ৱাখন্না
হিংমিন্নসি ঐখোয় পুন্না
মালেমদা মিংচৎ থনর্মসি
ৱাশক্নি মসি ঐখোযগী
মুংনাইদ্রবা মঙালনা
ঙালহৌবসনু মালেম ।।০।।

সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমাব সিংহ
এক্সন সোং (গ্রুপ) স্কুল

# ইমা নওদি লাইবক ফবীনি

ইমা নওদি লাইবক ফবীনি
নপাবি নমোম্না সেবা তৌবিবী
জাতি কয়াগী মীবোল কযা
নযাথংতবু ঙাকলিবীনি ॥০॥

নপাবি লীশীং লীশীংগী
বলিদানগী ঈঙাং তৈবনা
ইমাগী ফিজি ফিনানা
মালেম শীন্না পাইখিবা
কাউঙম্নবোই তাইবঙনা ॥০॥

অহিংসাগী খুৎলাযনা
হিংসাবু জয তৌদুনা
নীংতম ফীবাল পাইহনবা
নপাবি নমোম কযানা
থৌগল তৌবিবী ইমানি ॥০॥

(ইং ১৯৬৩)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমাব সিংহ
খোঙ্জেলঃ এস বঙ্কিমচন্দ্র সিংহ, এ আই আব

# লাক্লো হে কংলৈচা সা

লাক্লো হে কংলৈচা সা !
ইমাগী যাইবী কলহৌসি
কুমজা মশীং যাম্লকলে
পলেম্মা ব্রাজবক্লিবা ॥০॥

মীকপ থোকলে ঙসিদি
লৌনম লাংবু মাঙহল্লে
বেশমগী ফাজোলনি নীংলুবা
হৃগী ঈবীক চাইবন্নে
ইমাগী যাইবী কলহৌসি ॥০॥

নীংশাংসি নৌনা ঙসিদি
থৌনাফবা ইপা ইপুশিং,
যেক্লবগী মাযোক্তা -
ঈগী দান কৎখিবশিং
থব্রাযনা পোম্বা থাদুনা
নীংতম ফীবাল পাইহন্সি ॥০॥

(ইং ১৯৯৮)

# ইমাগী পারি অথৌবা

ইমাগী পাবি অথৌবা '
কোবৌ নোংদোল থক্তগী
লৈচিল থোংলোন হাংলোনে
মালেমদা নোংগুম্লক্লোনে ॥০॥

পলেম নুংশি ঈচেলনা
থম্মোয চাংজৌ পাখিবা,
নবোয ননাও খিবীক্লা
উজনীংলি শকতমদো
মালেমদা নোংগুম্লক্লোনে ॥০॥

ঐগী, নওগী, মাগী হাযনা
মাযা পোন্দা পুল্লিঙৈ
ঈপাম খাপ্বী মৈহৌবা
উবমগনি নহাক্তি
মালেমদা নোংগুম্লক্লোনে ॥০॥

অপূনবনা পাঙ্গল ওই
থাজবনা খুৎলায ওই
অমত্তা ওইবই লীচিংবু
তাকপীনবা নহাক্লা
মালেমদা নোংগুম্লক্লোনে ॥০॥

(ইং ১৯৯৬)

# নুংশিজৈ ইমা মালেম লৈমা

নুংশিজৈ ইমা মালেম লৈমা !
তাইবঙ মীকপ থোকহনবী
লৌশিং ঈফুৎ ওইবিবী !
লমজিং মৈবা পাযবিবী ।।০।।

থম্মোয থুংনা তাইবঙগী
লৌশিং মৈবা চূখৎপীবো !
মন্ন' পূক্নীং পন্নুংদা
মঙাল মশেক পীবীবো ।।০।।

ইমানা লৈখোঙ শোন্নীবা
লাইজ ঈবীক খীকপীবা
পঙলবা নপাবি নমোম্নু
থৌনা লিংজেল হাপ্পিবা
মালেম তাইবঙ পূম্বনা
নুংশি মিৎযেং যেংলিদো ।।০।।

(ইং ১৯৮২)

# ফজৈদা ইমা মৈতৈ লৈমা

ফজৈদা ইমা মৈতৈ লৈমা
নীংথিজৈদা ইমা নঙসে ॥০॥

লোইবী চীংদোল নীংথিবা লৈকোল
চীংঙু লাইগী খূভম পবেং
লেপ্পুনা য়েক্লি ইমাগী শক্তম ॥০॥

থাংজীং কৌব্রু নোংমাইজিং
কংলৈ ফম্বাল লৈময়োল
খূৎশম্লনা কোযবিবী
ইমা - ইমা - ইমা ॥০॥

অপূনবা লীচিংগী অকনবা থৌনানা
ব্রাশক চেৎনা পুকচেল লেপ্লা
ইমাগী থৌগল চঙজগে নচানা ॥০।

(ইং ১৯৬৪)
সৈবাংবা ঃ এস নদীয়া সিংহ
খোঙ্গেলঃএস বঙ্কিমচন্দ্র সিংহ

# শেম্লসি ঈবমদম কম্লসি ঈবৈবাক

শেম্লসি ঈবমদম কম্লসি ঈবৈবাক
ঐখোযগী ইবৈবাক ঐখোয়না ঙাক্কনি ॥০॥

খূঙ্গংগী মবাইবক খূঙ্জানা শেমগনি
ঈশাগী অব্রাংপা ঈশানা মেনগনি
অপূনবা শক্তিনা মালেম্বু যোক্কনি
অচেৎপা ৱাশক্কা ইমাবু কনগনি ॥০॥

মতমগী তাইবঙগী অকনবা খোঙজঙদা
থিকসি য়াওকসি মতমগী লমজেলদা
শক্তাকসি মালেমদা, উৎলমসি তাইবঙদা
জাতিগী ফিবালসে, পাইহনসি মালেমদা ॥০॥

অচুম্বা ৱাখলনা, ৱাযেলবু তৌবসি
অশেংবা থম্মোযনা, ফুগাযনা শাৎলসি
নুংশিবা কৌবগী লৈনম্বু শন্দোকসি
শেমগনি শোয়দনা, ওইগনি লাইবৈপাক ॥০॥

(ইং ২০১১)

# মালেম লৈ'না লুম্বরা

অলাব - মালেম লৈ'না লুম্ববা
পলেম ইমানা মকস্মী
পলেম থৌনা নীংশীংনা
ইমাবু পুজা তৌবসি
পলেমশিংগী থৌনা লিংজেল
অকাউ পবৈ চল্লোইসি -
কুমজা কুমওন কাংদনা
শৈনিল লাংসি ঐখোয়না
নুপী লান নীংশীং লান -
খুন্নাইসিগী থরায়গী লন্নি ॥০॥
মৈতৈ ঐগী পূকৈ লনগৈ
পানি ইমোম থরায মিবেল
তমথিববা মীবৈবাকচানা
খুবান্নুংদা থমখিবা -
মৈতৈ লৈবাক ওৎখিবা
পলেমশিংননি কনখিবা
নুপী লান নীংশীং লান
খুন্নাইসিগী থরায়গী লননি ॥০
লৈবাক মাঙবা তাবকপা
মীপুম তিংনা ৱাবকপা
চবাম চদৎনবকপা
অকি তুজুংনবকপা -
থরায পোম্বা থাদুনা
পলেমশিংননি কনখিবা
নুপী লান নীংতম লান
খুন্নাইসিগী থরায়গী লন্নি ॥০॥

(ইং ১৯৯৪)
সৈবা'বা : এস বঙ্কিমচন্দ্র
খোঞ্জেল : ফ্রেঙ্কো

(নুপী লানগী থৌবমদা ইং ১৯৯৫ গী ডিসেম্বর ৫ দা মপাল কাঙজেবুংদা পাঙথোকপা ঈশৈ শৈদাম্নবগী নুমিৎতা থ্বাইদগী হেন্নবা ঈশৈ ময়েক্কী অমদি থ্বাইদগী হেন্নবা ঈশৈ শৈকপগী মনা ফংত্রবা ঈশৈনি ॥ নুপীলানগী মবী লৈনবা কাম্পাতিসন কয়াদা অহানবা মনা' কন, এক ফংলর্বনি। শৈশব পনা ফ্রেঙ্কোনি।)

# লাকচরে ইমা নচা ঐখোয়

লাকচবে ইমা নচা ঐখোয
শেন্নজগে নঙবু ফিজি পাযনা
লমযাংবা কযানা তাকপিবে ঙসি
মীনায় যোংহিং চল্লবী নঙনি ॥০॥

ঈশ্যা ঈশাগী নীংতম্বা মুনম্রে
ইমাদা ইমা কৌ' ঙমদবে -
মীনম লাংদা চঙবা কংলৈচা
লানথোকপা ঙমদবে ঙসিফাও ॥০॥

ওয়বা লশীদা লমজিংবা কনানা
উহল্লে ঐখোযদা ঈগী ঈচেল
শিল্পবে ঈবীক ইমাগী হকচাংদা
শেগাযবিনে ইমাগী চবৈ নমখাঙ
অদুবু ঐখোযনি ইমাগী নচানি
কনগনি ইমাবু য়েক্রবই খুত্তগী ॥০।

(ইং ১৯৯৯)

# নীংশীংলকই ঙসিদি

নীংশীংলকই ঙসিদি
মৈতৈ লৈমগী মপাবি
থৌনা ফবা অথোযবা
কোলোয় মিংলেন ইবাবত ॥০॥

তান্নবা চীংদোলদা লেপ্পুনা
মৈতৈ তম্পাক যেংদুনা
মিংলু পিবাং শিন্দুনা
কাযন' শৈবেং শকখিবা ॥০॥

মজাতিগী য়াইফনবা
অত্তোনবশিং কনবিনবা
কৈশুম শঙলেন মনূংদা
পুন্সি তংখায লেনখিবা ॥০॥

(ইং ১৯৯৭)

 শেল্লসি ঈবমদম কল্লসি ঈবৈবাব

# পঙ্খৌ নঙবু নুংশিবা

পঙ্খৌ নঙবু নুংশিবা
মালেমদা মীওই লাইওইবা
অচুম্ববু য়োকখৎনবা
মপু মানা থাবকপবা ? ॥০॥

নঙনা যেল্লম্বা মঙালদা
ঈনীং তম্না শান্নবি
নঙনা পীবম্বা নৌবেম্না
পাক্ল' ঈপাব লান্নবি ॥০॥

অতোনবই থল্লাযনি খঞ্জবা
অশোনলই চঙজফম ওইজবা
অচুম্বই লংলানা পূর্নবিবম্বা
কাউবা ঙমদে নহাকপু ॥০॥

সুবগী ঈথক ঈপোম্না
মালেম মবাঙহৌহন্না
হল্লকখোবা অমুক্তা
পূকমেন পাওমেন্নখিসি ॥০॥

(ইং ১৯৯৭)

# তাইবঙ পুন্সি লমজিংবা

তাইবঙ পুন্সি লমজিংবা ।
মৈবা পাযবা অথৌবা ।
তাকপীবো ঙসি অচুম্বা লমজঙ
ঙালহল্লো মৈবা মুৎনাইদনা ।।০।।

লৈজবা থৌনা নপাবির্শিংগী
লৈজবা লৌশিং নমোর্মশিংগী
মাঙখিবা তাবে অবেম্বদা
শের্ম্বীনবা লৈতবনা ।।০।।

শেমজবা শাজবা পুন্সিগী শক্তম
পামজনা যোকচবা হিংবগী পান্দম
মাঙখিবা তাবেদো অবেম্বদা
যেংবীনবা লৈতবনা ।।০।।

(ইং ১৯৮৩)

# চৎসি চৎলু ঐখোয় পৃম্বা

চৎসি চৎলু ঐখোয় পৃম্বা
পুন্সি লানবু যাওর্কসি ॥০॥

অৱাবা লীশীং মায়োক যাসি
লৈজবা থৌনা পুথোকসি
অচুম্বগী খুৎলাযনা
যেক্লবা মাযোক যার্কসি ॥০॥

নশাইগোন্দা হিংজবনি
নতম্বাক্তা চাউজবনি
পংলেম থম্মোয পেলহনবনা
নপাবি নমোমগী বাশক্তি ॥০॥

অবাবতনা খৃৎলায ওইনা
নুংঙাইববু থিকসি
তাইবঙ থম্মোয তজুংহন্না
ইমাগী লমন শিংলুসি ॥০॥

(ইং ১৯৯৬)
সৈবাংবা ঃ ভানুমতী
খোঙ্জেলঃ ক্ষুলগী এক্সন শোং

# লাইবক ফৈকো ইমা নঙসে

লাইবক ফৈকো ইমা নঙসে
মালেমগী খনবদা রাজবী নঙসে ।।০।
তমথীববা তাইবঙ ঈপাক্তা
নুংশি শৈবোল শক্লিবী ইমা ।।০।।

কৃষ্ণ কাবেরী গঙ্গা যমুনা
সমুদ্র ঈবাউখোল শক্লি নগুন
নচা লীশীংগী বলিগী ঈবক্তা
ফুগায়না শাৎলি লৈনম যেল্লি ।।০।।

শক্লো ইমা নংগী নুংশি শৈবোন
নুংশিবা সুবনা লেপ্পাইদনা
অচুম্বা নুংশিবই শেংলবা শৈহেক্তা
যেনবীবো ইমা মালেম শীন্না ।।০।।

(ইং ১৯৬৪)
সৈবাংবাঃ এইচ শশীমূখী দেবী

# লাউ ঈচীল ঈনাওশা

লাউ ঈচীল ঈনাওশা
লম্বী লাল্লে সোমদা লাউ
মতমগী লৈঙোই মথক্তা
খোঙ্গুল খুনাম থিকসি ॥০॥

নীংশীংসি অমুক নৌহৌনা
হৌখিবা থৌদোক রাবীদো
মাঙগী লম্বী থিদুনা
মাব খোঙ্গুল লীকসি ॥০॥

হাইগৎসি ইতিহাসকী লামায
নীংশীংসি অচুম্বা থৌদোক
চুমথোর্কসি ঈশাগী ফিবেপ
চঙশিনসি ঐখোয লেপ্তুনা ॥০॥

কনানা কনাদা থরায কৎখি
কনানা কনাবু কবিগী হাৎখি
চুমথোকসি ঈশাগী ফিবেপ
চঙশিনসি ঐখোয লেপ্তুনা ॥০

ইং ১৯৯০

# কৌজগেনে ইমা

কৌজগেনে ইমা
ইমা হাযনা তোযনা তোযনা
কুমজা কুমওন কয়া কয়া
অকাউ পবৈ চল্লুববা ।।০।।

মল্লবা ফীজোল, লৃম্লবা পোৎলুম
উচাল মৈবাগী, (মুৎলি) মুৎলিবা মঙালদা
চোকথবা নাইদনা লেঞ্জবক্লবী
ইমা নঙনিনে থৌনা লৈবী ।।০।।

তাকপীবো শিম্বা, পাঙজগে ঐখোয
মাঙখ্রবা থৌনা, লাক্লেনে ইমা
অনৌবা পাঙ্গল অনৌবা লৌশিং
হাপপিযূনে নচা ঐখোযদা
নপাবি লাক্লে ৱাবগনু
নমোম লাক্লে কপ্লগনু ।।০।।

(ইং ১৯৯২)
সৈবাংবাঃ এস বঙ্কিমচন্দ্র সিংহ
- (স্কুল গ্রুপ)

# কৌজরি ঐখোয়না হে অখৌবশা

কৌজবি ঐখোযনা হে অখৌবশা !
ঙাইজবি ঐখোযনা হে পাঙ্গলবশা !
অকি অখং অৱা অনা
চিংনববু লৈতনা -
কাখি নোক্লা ফাঁসিগী শগাই ॥০॥

পান্থোম পাঙ্গল চাউবে ঐখোয
পৃক্লীং লৌশিং লৈবে ঐখোয
নতৌ তমগে ঙাইজবি
কৎখোকচগে নীংজবি
পলেম ইমা মাগীদমক ॥০॥

নীংতম লানহৌ ৱাবী তাজে
থৌনা লীংজেল লৈসু খঙজৈ
যেক্লবগী মখুত্তা, মাযথীবগী মহুত্তা
থবায কৎখি ইমাগীদমক ॥০॥

(ইং ১৯৯২)
সৈবাংবাঃ ভানুমতী
খোঙ্গেলঃ স্কুল ছাত্রশিং ১৩ অগষ্ট

# লাক্লো ঐখোয় পুল্লসি

লাক্লো ঐখোয় পুল্লসি
খুৎশমুনা চৎলসি
ইখৌ থৌদাং পাঙলসি
ইমা মাবু কল্লসি ।।০।।

ঈ-তোংনা শাববা -
শোল্লবা হকচাং পোলাংনি
ঐখোয় মীওই পুম্বসে
খেন্নববু লৈতেদো
অমত্তনি লোইনা অমত্তনি ।।০

হিন্দু, মুসলিম, সীখ, ইশাই
অমত্তনি, মীওইবনি -
মীগী মী অমত্তনি -
ঐখোয় ঈচীন ঈনাওনি
ইমা অমত্তই মচানি ।।০।।

(ইং ১৯৯৩)

# পলেম নঙবু অপোকপী

পলেম নঙবু অপোকপী
ইমা ঐগী নুংশিবী
নপাবি ঐখোয় লাকচবে
নমোমশিংসু যাওজবে ।।০।।

নপাবি চাউদ' নাউযোকপা
নমোম শাংদ' নাউকোনবা
পলেম কবম কাউগনি
খোল্লাং লমন তোল্লিনে ।।০।।

ঙসি কৌবা কোবৌদি
ইপা পাবেপ ফাবেদো
ইপু পুবেপ যৌবেদো
ইমাই লমন শিংলনি ।।০।।

শিঙ্গা পূম্বা তাকপীবো
পলেম পাওমেন পীবিবো
অৱা' মাযবোং যাজগে
শিদ' মিংখৈ যেকচগে ।।০।।

(ইং ১৯৯৩)

# জগোয় শারে ঙসি ঐখোয়

জগোয় শাবে ঙসি ঐখোয
ইমাগী মাঙদ' - ।।০।।
নপাবিসু চাউজবকলে
নমোম শবেপ তমজবক্লে ।।০।।

পলেম নতেং পাংলগেকো
ইমাই লমন শিংলগেকো
থম্মোয থম্মোয য়াকায়বক্লে
তাইবঙ মিংসু পাঙজবক্লে
নপাবিসু চাউজবক্লে
নমোম শবেপ তমজবক্লে ।।০।।

মোমোন মীনোক নোকপীববো
নুংশি চান্না নানবীববো
অন্না' ম্যাযখুম হাঙদোকপিবো
চিংন ব্রাখল থাদোকপিবো
নপাবিসু চাউজবক্লে
নমোম শবেপ তমজবক্লে ।।০।।

(ইং ১৯৯৬)
সৈবাংবা ঃ ভানুমতী দেবী
খোঙ্গেলঃ গ্রুপ ইস্টুদেন্স (এক্সন শোং)

# তাওনে ইমাগী পারি ও

তাওনে ইমাগী পাবি ও
পলেম্মা হার্যবিবা যাব্রাসে'
অশাও মৈবি নেমখোনে
পূক্লীং খোযবাংগনুনে ॥০॥

পাবি পান্নোম চাউজবে
ইমানা হবাওজকবা
নচীন ননাও খঙলমদ্রে
যেক্ল মক হুল্লন্নে
পলেম কবি ওইর্বাসিগে ॥০॥

অপূনবনা পাঙ্গর্লানি
লৌশিং মৈবা ফংর্বনি
নুংশিবনা লীপুন্নি
চান্ন চিন্ন-তিন্ননা
যেক্ল মাযবোং যাবোনে ॥০॥

(ইং ১৯৭৮)

# কবিগী তৃমিন লৈবিবা

কবিগী তৃমিন লৈবিবা
মালেম লৈমা নহাক্লা
মখে লাংনা তাইবঙনা
ঈবাঙ হৌনা নিল্লবদা ॥০॥

থৌনা লীংজেল লৈববা
অথোইবা নপাবি কযানা
মশাই পুন্সি কৎতুনা
থরায় পোম্থা থাখিবা
পলেম নঙগী নত্তবা ॥০॥

পঙলবা নপাবি নমোয়া,
ফিজি ফিনা নেৎখিবা যাও
থোইনা রাবৌ পৃকলৌনা
মালেম লৈমা নহাক্লা
তৃমিন্নবু লৈববা ? ॥০॥

(ইং ১৯৭৫)

# হৌদোকপিরো ইমা নচাশিংবু

হৌদোকপিবো ইমা নচাশিংবু
খোল্লেন মীকপ থোকহনবিবো
ইমাগী য়াথং মীবায়বকলে
পুন্সি থৌদাং কাউনবকলে ॥০॥

পৃক্লীং হূবা য়াকায়বোলদো
থৌনা হাপ্পা নপাউখোলদো
তাহনবিবো মতম ওইবে
বাবকপিবো নচাশিংবু ॥০॥

হৌন-লোনচৎ, লীচৎ-শাজৎ
থকসি খাসি নাইনা নাইনা
থৌনা পাঙ্গল লৈনা লৈনা
মাঙখিবা তাবে নচাশিং ॥০॥

চীং-তম পূন্না পূন্না
পাবি পুবি থিনা থিনা
মহৌশাগী লৌশিং থৌনা
হাপ্পীবোনে নৌহৌননা ॥০॥

(ইং ১৯৯৮)

# ঝাকচিংগী গুলাবনি ঐদি

ঝাকচিংগী গুলাবনি ঐদি
উলেন তেমশিংনবীনি ঐদি
মীঝা মীশা লাংহন্দনা
চীক্লা শাৎচনীংবী ঐনি ॥০॥

বসন্তগী কুম্মেবক্তা
লৈবাং লৈশক তান্নবদা
খোইমু খূদিং চিবোল তন্বা
য়াওজনীংদবীনি ঐদি ॥০॥

লৈবাং লৈহী চূপ্লিবগা
নুংশি মশক তাক্লন্নগা
শীঙেল হন্না য়েংবীদবা
খোইমু মাবু পামজদে ॥০॥

শীঙেল নাইতোম শাৎচবগে
লৈবাং ইদোম লেঞ্জবগে
মপুই শিল্পা পাঙজবগা
কেনজখিগে মালেমথক্তা ॥০॥

(ইং ১৯৮৬)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমাব সিংহ

# উবরোই থোক্লবোই

উবরোই থোক্লবোই
মপুংফাবা শবতকী থানিল ॥০॥

তাবমদাই থাজগী প্রেম মিলন্দা
উখিবা মাগী মায়থোঙদো
মাঙখ্রনি ঙম্ম মঙলানগুম
কুপখবে অমুবা নৈচিলনা ॥০॥

পূর্ণিমা কয়াসু হৌখবে
থাসি কয়াসু লোইখবে
নোক্ল হৌখিবা পুন্সিনা
কপ্পদা ইতেং পাংলবে ॥০॥ উবরোই

তিন্নবগা নুঙাইবা ঈথক
কাযনবগী অন্নাবা চৈথেং
মপু মাগী খুৎশেম্মি
খণ্ডন খণ্ডন তেংথাবি ॥০॥ উবরোই

(ইং ১৯৬৯)
সিবংবা ঃ এ কে জয়কুমার সিংহ

# শাৎখিনু ঙাইখোনে

শাৎখিনু ঙাইখোনে
পূক্লীং লৈবাং নুংশিবী
ঙবাংতা শাৎলম্বা লৈবাংনা
উদবা কেল্লিসে লৈমাযদা ॥০॥

লৌনম্বা খোইমু ঙাইদুনা
ঙবাংতা নোকচখি হবা ওনা
কেল্লেদো ঙসিদি কপ্পা কপ্পা
মালেম থক্ত চোযজাযননা ॥০॥

কোযনা কোযনা পাইদুনা
লৈনম যেল্লম্বা মালংবা
ওইবনি হযেংদ যেক্লবা
লৈবাং লৈনা চোইর্বনি ॥০॥

পোমশাৎনবতা ঙাযবিবী
পূক্লাং লৈবাং লৈনুংসি
নুংশি লৈনম যেল্লমখো
কেনখিবা যাবোই নহাক্তি ॥০॥

(ইং ১৯৬৫)
সৈবাংবা ঃ এ কে জযকুমাব সিংহ

# লোল্লা লোল্লা মালংবনা

লোল্লা লোল্লা মালংবনা
লিবি লিবি হুন্নদা
লৈবাং নুংশি লৈনম্লা
কণ্ডাওনবে পুক্লীং খোইমু ॥০॥

লৈহী ঈখৌ লাংজবনা
কোয়না কোয়না থিজবদি
লমদম কৈদ লোৎপনো
মায়কৈ শলাই খণ্ডখিদবে ॥০॥

অন্না-নুংঙাই অনীমক্তা
কাউঙমদ্রিবা লৈবাং অসে
মায়া তাইবঙ লৈকোলসিদা
ফংঙমদনা শাৎপনবা ? ॥০॥

পুক্সি ঈচেল ঈবেলবুংদা
থেক্লা কোয়বা হিবোয়শিংগী
য়াচঙবগী হিথাঙফমদা
ফংগদবা লৈবাং অদো ॥০॥

(ইং ১৯৬৭)

# কৌবিনু কৌবিনু কিজেনে লাকচবা

কৌবিনু কৌবিনু কিজেনে লাকচবা
লৌনম্মা থল্লবা তাইবঙ মীবক্তা ॥০॥

নোংলেনগী হৌবকফম, মণ্ডালগী তুংনফম
য়েংজগে থিজগে, মহাক্কী লমদম ॥০॥

অহৌবা লৈত্রবা, অবোইবা নাইদ্রবা
য়েংজগে থিজগে, মহাক্কী লমদম ॥০॥

নুংশিবই হৌবকফম, অচুম্বই তুংনফম
থিজগে কৈদনো, মহাক্কী লমদম ॥০॥

অৱাবা নুংঙাইবা, কায়নবা তিন্নবা
খেন্নবা লৈত্রবা থিজগে লমদম ॥০॥

কল্লকপা মিহৌবা, নাপল যাওদ্রবা
পামজৈনে ঐহাক্না, শান্তিগী লমদম ॥০॥

(ইং ১৯৬৪)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমাব সিংহ

# হো ইমা ঐগী ইমা

হো ইমা ঐগী ইমা
ঐনা হয়েং চাউবগা
কবি ওইগনি তাকপীয়ু ॥০॥

নুংশিবা ঈশৈ তাকবা
শকনীংলকই ঈশৈদুম
ফজবা জগোয় উকবা
শানিংলকই জগোয়দুম ॥০॥

তম্বীয়ু ঐবু মীবাগী ভজন
লীবীয়ু নুংঙাইবা ৱাবী কয়া
ইমানা হাযবতা ইনগনি ঐদি
মচা চানবীনি ইমাদি ঐগী ॥০॥

(ইং ১৯৮৩)
সৈবাংবা ঃ থিয়াম চাউবা সিংহ (ফোব চিল্ড্রেল প্রোগ্রাম) এ আই আর

# লাক্লে লাক্লে ওলাংথা

লাক্লে লাক্লে ওলাংথা
য়েন্নীংথাগী তুংইন্না
ওলাং মৈশা পুদুনা
লৈচিলগী দোলাই তোংদুনা ।।০।। লাক্লে

শজীবু লাকযেল তাইবকপা
কুমগী মমৈ ওইবকপা
উবীবৈ মাধবী লৈবাংলৈ
লম্ফেল নাত্রা কোশ্বীবৈ
চৎনীংদনা চৎখিবা
যেংন যেংন ঙসিদি ।।০।। লাক্লে

অবীবগী পাউখোঙ কযা
অনৌবগী থৌগাই কযা
খুদুম চেৎনা পাযদুনা
নোংলৈনা খোঙলৈ ওইদুনা
কুমগী নোংগী নোংলক্তা
থম্মোয য়াত্রা লোয়ননা ।।০।। লাক্লে

(ইং ১৯৯১)
(থাগী ঈশৈ ওইনা) এ আই আব

# খোইনৌ ইতা চান্নবী

খোইনৌ ইতা চান্নবী
লেংমান্নবী মকপলোই
পম্বৌ ম্যাবা তুংইন্না
পলেম মতেং পাংনবা
নুজা শিম্থা পাওলসি ॥০॥

মকি লংদুম ফানবা
শিন্নাই তবেং মাঙদ থা
তবেং' খোঙফাং তিংদুনা
লংদুম য়াম্না তান্নসি
নেঙ নেঙ নাইর্বাসিদা ॥০॥

লংশুং খোঙগা তিংদুনা
য়েৎন হুল্ল ওইন ওক
ওইন হুল্ল য়েৎন কাঙ
শেন্দাং চাকবায়বকপগুম
চবৈ ফিবুম ফানবা
দঙ দঙ থেংলসিদা ॥০॥

(ইং ১৯৮৫)

# লিরিবা মালং ঈগোমদা

লিবিবা মালং ঈগোমদা
তোয়না শৈহেক তন্নিবী
কনানো নঙবু শক খঙদবী ।।০।। কনানো

লমদম কৈদগী লাকপনো
পাংয়া কৈদা চাক্তাবনো
চেক্লা নদোম পাইবদি
নীংঙোল থম্মোয় মিপাইজৈ ।।০।। কনানো

চোইনা তাববা তাইবঙদা
নোক্ল চাউবা সমাজদা
চেক্লা শৈশক তোয়বদি
কল্লক চৈথেং কিদববা ।।০।। কনানো

(ইং ১৯৬৪)
সৈরাংবা : এ কে জয়কুমার সিংহ

# তাবমদাইগী থাজ নংদি

তাবমদাইগী থাজ নংদি
লোংখবনি অমম্বদা
কায়ন মৈশা লাংহৌবনি
শীঙেল থবো মাহাক্তি ।।০।।

থাবলগী ঈপোম মবক্তা
কেনা নৌনা শাংচবীনি
থাজ মায়থোঙ উবদা
খোয়কম মোমোন নোকচবীনি
অবা মৈশা পীবীনু ।।০।।

মতম খোঙলৈ তুংইন্না
কাযন মৈশা মৈরাযনা
পাক্লবা লাঈজ ঈবোন্নুং
নুপনীংদনা নুপখিবা
অপেনববা নাহাক্কী ।।০।।

(ইং ১৯৬৪)

# ওকচবি তবাম্মা হে য়েন্নীংখা

ওকচবি তবাম্মা হে য়েন্নীংথা
নুংশিজৈ নঙগী নৌব' য়েন্নীং
তনৌ তনৌ হৈপাল লৈপাল
মবীক চুম্ন হৈবাং লৈবাং ।।০।।

পিবাংনা চোৎলবী মালেম লৈমা
নুংশি খঙদনা নৈহৎলবী
অরা মৈশা লাংলবী
কোকহনর্ববো থম্মোয় চৈনা ।।০।।

অহীং নুংথিল অনীমক্তা
নঙগী অাবিব চাইনা চাইনা
নুংশি লৈনম য়েন্ন য়েন্ন
কোকহনবীবো থম্মোয় চৈনা ।।০।।

(ইং ২০০০)

# ইমাগী ইমোম শনরেঙ্গী

ইমাগী ইমোম শনরেঙ্গী
ইমাদি ওকশম য়ৌরেদো
মায়কৈ শলায় খুদিংদা
ঈচেল ঈথৈ ফুনগৎলে ॥০॥

ইমাগী তম্পাকথক অসিদা
নুংশিববা পারি ইমোম
শৈয়েং থৈন পাম্বোম ওান
ইমানা য়ায়েনবা ওমদ্রেদো ॥০॥

খৎনবগী লোইবা নাইদ্রিবা
মীহাৎ মীপুন্ নংলিবা
ইমাগী তম্বাকথক্তনি -
নখোয়না কবি খওদবা ॥০॥

(ইং ১৯১৬)

# শাৎহৌরো লৈরাং শাৎহৌরো

শাৎহৌবো লৈবাং শাৎহৌবো
বসন্তগী লৈকোন্নুংদা
মোমোন নোক্লা শাৎহৌবো ॥০॥

মালংনা লিবি হুম্লিঙৈ
কোবৌ মৈশা লেম্লিঙৈ
লৈবাং লৈনম নুংশিবা
মালেম শীন্না যেলহৌবো ॥০॥

অরাবনা থল্লবা পুক্সিগী
খাম্বী মৈশা লাংলগা
লৈবাং লৈমন চল্লনি
শীংগুল নপাল ফবিঙৈ
নংশি লৈনম যেলহৌবো ॥০॥

(ইং ১৯৬২)

# হে মংলিবা অনৌবা নোং

হে মংলিবা অনৌবা নোং
চুথবোনে নোংখোঙ ফূইনা
অবীবা মক ময়ামগী
অনৌবা ময়োল চোংনবা ॥০॥

অনৌবনা অবীবা নৌনা
অবীবনা অনৌবা নৌনা
নৌন নৌন নৌহৌননা
তিন্ন তোংন চান্নবা ॥০॥

বাগনীগী বাহোংনা
বাগ বাগগী তাম্বাদা
সুবগী ঈপোম শন্দোক্লা
মন্ডালগী জগোয় শানবা ॥০॥

(ইং ১৯৬৪)
সৈবাংবা : নোংমাইথেম পহাড়ী

# লাউনে হে মালংবা

লাউনে হে মালংবা !
কোযনা পাইবা নামিবা !
পাম্মু মপাউ নুংওনবা
পাউদম্বীবো নুজাদা ॥০॥

পলেম পঙৌ তাখিনি
খোযনৌ কনা খঙখিনি
ফোঙদোকচবোই কনাদা
মাগী থম্মোয পাউদমসে ॥০॥

চীক্লবা থাবলদা ফমদুনা
নুংশি মৈচাক খাঙহৌববা '
নুজা ঐগুম ব্রাহৌববা "
নাপ চীক্লা তম্মোলাউ ॥০॥

(ইং ১৯৬০)
সৈবাংবা ঃ নোংমাইথেম পহাড়ী

# থাবলগী ঈপোমদা মালংগী তাম্ভাদা

থাবলগী ঈপোমদা মালংগী তাম্ভাদা
কনানো নিংথীবী জগোযবু শাবিবী
চোইজাইব' শম্লাংন মায়থোঙবু খুম্নিবী
তগুপ তবংনা পৃক্লীংবু শুম্নাংপী ॥০॥

কবিগী কবিতা ওইবি নাহাক্লা
তাইবঙগী তাংজফম পীবিবি পোংথাফম
প্রেমিগী মৈচাক পুবীবি নহাক্লা
ঋতু খৃদিং হোংনা হোংনা ॥০॥

স্নযুক নুংথিল নুমিদাং চপ্পা
তাইবঙ পৃম্নবু তম্বাঙ্ভা কোম্লিবী
মিচং মীখায নাউদনা গেংলিবি
পৃকচেল তপ্লবী ইমানি নঙদি ॥০॥

(ইং ১৯৬১)

# তাইবঙ লৈকোলনুংসিদা

নিপা - তাইবঙ লৈকোলনুংসিদা
লৈবাং লৈশাৎ তন্নিবী !
পাখং ওইবা ঐখোয়গী
থম্মোয় ঈবাং হৌইদা
পাযম পিবুক খণ্ডজগে,
শানৌ কবি খল্লিবা ! ॥০॥

নুপী - মীকপকী ওইবা তাইবঙনি
মাঙবা নাইবা পুক্সনি
লৈবাং লৈশাৎ শুদনা
মাঙখিগনি ৱাজৈদা
কোযনা পাইবা খোইমুদা -
থাজববু কিজৈদা ॥০॥

নিপা  শানৌ কবি যাৱানো
নীংঙোল পৃকচেল কনমল্লি
লৈবাং খোইমু খোঙলোই ওই
মপু মাগী খুৎশেম্লি
নুজা কবি ৱাবগে -
চিংন পবৈ হল্লোনে ॥০॥

নুপী - মাঞ্জ নঙবু নুংশিবা
থংলেন নঙবু লোযুম্বা
মপুই লৈকোল অসিদা
লৈবাং লৈশাৎ তমজবা
শীঙেল লৈনম যেনজবা
ঙাইবিখোবা অমুক্তা ॥০॥

অপূনবা - মপু লৈকোন্নুংসিদা
নুবা পাখং খোঙলোই ওই
মালেম মপৃং যার্যসিদা
থম্মোয থম্মোয তিন্নমা
মপু মাগী শিন্থাবু
থৌদাং য়াম্মিন্নসিদা ॥০॥

(ইং ১৯৮৯)

# মিৎলু পিরাং শিন্থরকপা

নিপা - মিৎলু পিবাং শিন্থবকপা
কলা নঙগী মিৎম্লাদনি
খোইকম মোমোন হাইনোক্লবা
কলা নঙগী মায়থোঙদনি -
কলা-কলা-কলা ॥০॥

নুপী - নঙগী নশুংলাংগীনিনে
ঐনা ঈক্লা কপচবদি
থংলেন মাঞ্জ নমাঙদনি
ঐনা মোমোন নোকচবদি
জীবন জীবন - জীবন

নিপা - লাযববগী মযূমদ'
চাক্লিবীগী ফিজেত্তা
কলা নঙনা লোন্ন-থূপ্ন
লৈবম্ব্দো উকবে -

নুপী - নুংঙাই যাইফ মনূংদসু
ঐনা ফোংন উৎচৈনা
জীবন নঙবু লোন্না ফোংনা
মূন মূন যেংজৈনা

নিপা - শাবীগী শাথেক্তা
শানৌগী শাওংদা
মিৎযেংদ নযেংদ
ম্রাঙাংদ শাঙাঙদা -
নূটা নাটাদা কলা -

নুপী - মানি ঐনি, মানি ঐনি
জীবন নঙনা হিংবননি
মানি ঐনি -

নিপা - জীবন ঐনা কলা নঙবু -
কাযনবা ঙম্লবদি - ৷

নুপী - মীওইবা হিংলবোই
তাইবঙপাল লৈববোই,
মীওইবা পোক্লবোই
তাইবঙপাল লৈববোই
জীবন - জীবন - জীবন -
নঙগী পুন্সি পামেলবু
ঐনা চেৎনা কোনজবনি
পুন্সি প্রেমগী থৌদীনা
জীবন কলা পুনশ্লবনি

অপূনবা - মফম মতম পুম্নমক্তা
জীবন কলা লোইনবনি -
কলা কলা কলা
জীবন জীবন জীবন ।।০

(ইং ১৯৬৩)
সৈবাংবা ঃ এ কে জযকুমাব সিংহ
খোঞ্জেলঃ ভানুমতী দেবী, জযকুমাব সিংহ

# লিবি হুম্বা মালংবা

লিবি হুম্বা মালংবা
পৃক্লীং ঈখৌ লাংহনবা
নুংশি মপাউ পুবদুনা তপ্লা
লিবি শিংলকলে ॥০॥

মহৌশা খৃংশেম ঈপাত্তা
পাংকী ঙানু থঙ্গোংগুম
শাবী শানৌ কযানা
নুংশি পাউখোঙ চন্নবম্বা
থেংনব্ববা মালংবনা
তন্নবেনে নাপদা লোন্না ॥০॥

চাক্লবা অহীং তাংলৌগী
নুংশি চাবোল কযা' ম
কাযন মৈশা লাংহৌববী
খোইনৌ কয়াগী ব্লাবী
তাকব্ববা নামিবনা
তন্নবেনে নাপদা লোন্না ॥০॥

(ইং ১৯৬৮)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমার সিংহ

# নোংজু নুমিৎ অসিনা ঐবু

নোংজু নুমিৎ অসিনা ঐবু
লাংতক্নহল্লি পুক্নীংবু
নীংশীং নীংশীং লেনজবি
হৌখিবা থৌদোক কয়াদি ।।০।।

নীংলোই থন্না থমখিবা
কাউবগে নীংনা লোংশিনবা
পুক্নীংনদি যাদেনে
থংশোয়নদি ঙমদেনে -
হংখলনা মদোম মবাকচৈ
মিৎলু পিবাং খিং ঙমদে ।।০।।

মপান্থোংগী হকচাংদি
অহোংবা কয়া এইখ্রনি
মপু মাগী খুৎশেমদি
ঐনা থিংবা ঙমদেদো
থাশোয়নুংগী ব্রাশক্তি
লেংদনা অদম নৈর্বিদো ।।০।।

(ইং ১৯৭৮)

# লাউনে নৌরিবা নারাশা

লাউনে নৌবিবা নারাশা
শিদ' নৈবাং থিসিলাউ
যেংলুসি তাইবঙ নৈকোলদা
হোবেল হযেং ঙাইবোইস ॥০॥

চঙলুসি মালেমগী নৈকোলদা
থিকসি নৈনা হাইদোক্লনা
মাঙবা নাইদ্রবা শিদ' নৈবং
মতম অসি হৌখ্রনি - ॥০॥

তেল্লব' তাইবঙ পুন্সিনি
কোঙ্গোল তাক্লম তাকখিনি
তাইবঙ ঈপাক ঈবেলদা
মীকুপ' মদা তিনখিনি
পুন্সি খোঙথাং চেকশিনসি
পোকপই মহৈ যালহনসি ॥০॥

(ইং ২০০১)

# মহাক্কী মীনোক অমনা

মহাক্কী মীনোক অমনা
কাউহনখি ঐবু তাইবঙপাল
মাহাক্কী ৱাহৈ অমনা
মাঙহনখি চোইব' ৱাখলবু ।।ㅇ।।

খঙখিদেনে ঐহাক্না
ৱাকচিংগী মেঙলবা গুলাবকী
তিংখং পাল্লি লৈখোক্তা'
ঈংলবা লাইজ ঈবেলদা
শাববা থাম্বী লোৎলম্মি ।।ㅇ।।

তাইবঙপালসে মমখবে
লৌনম লাংনা লোনখবে
চিবোলগী মন্ন লৈচিলনা
কৃপখবে পুন্সি অতিযা
কৈদৌঙৈ মঙাল লাক্কবা ' ।।ㅇ।।

(ইং ১৯৭১)
খোঙ্জেলঃ এস মোমোন শর্ম্মা, এ আই আব

# কন্নাদবু লীক্লসিগে

কনাদবু লীকসিগে
থৃপ্পবা থম্মোয ৱাবীসে
ফোঙদোকচগে খঞ্জকই
লৌনম্বীবু ওইহল্লে ।।০।।

মীনস্বগী তাইবঙনি
ওইহল্লে ঐসু লৌনম্বা
মিৎভগী ত্যবকপ পিতন্না
পাউদমজকে ইথল্লা ।।০।।

ক্লবা ওইবঙ মালংঙ
অবেম্মা কনা নৈতবে
কাযনবা পুান্স বীনদা
অনৌবা সুব লাল্ল বোই ।। ।।

(ইং ১৯৬২)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমাব সিংহ

# লাউনে, ইতা চান্নবীখোই

লাউনে, ইতা চান্নবীখোই
কৈবোই ইবুং নুংশিবখোই
ৱাগয়ে হিবু তোংদুনা
লেমলৈ ঙাচং তাল্লুসি ॥০॥

ইবুং ঙাইবা কাঙবুনা
অউপ লাংদি লেংদ থোং
ঈনফুই লাংবু খূৎত পায
লেমলৈ ঙাবা তানবীয়ু ॥০॥

খোযনৌ ওইবী কাঙ্বুনা
ঝাঙদা ভূংগোল যান্দুনা
ঙাবা ঙাতিন ফানবা
লেমলৈ খবায থাবিয়ু ॥০॥

মালংনা শাফু কল্লকপা
ৱাগযে ইীমায চুপ্নীয়ু
নুজা ইতেং পাংবীয়ু
পাখং থৌনা উৎপীয়ু ॥০॥

(ইং ১৯৮৫)

# লাক্লরোইনে মতমদো

লাক্লবোইনে মতমদো
উববোইনে শক্তমদো
ইপানাং ইপুনাংকী
চৎন পবিং খীবিক্তো ।।০।।

পঙ্গৌ মাঙ্গোন ফম্মেন্দা
হীদাকপু পৃম্ফা খিনখিদ্রে
নুবা ওইবী কয়াসু
শিন্নাই ফম্বু কাখিদ্রে ।।০।।

নীংঙোল ওইবী মখৈনা
কবো যেক্তুম নামিবা
নুবা খুত্তা পায়দুনা
ফীগে ফীবুম লোনখিদ্রে ।।০।।

(ইং ১৯৯৫)

# ফংলরোই খণ্ডলবা নওতবু

ফংলবোই খণ্ডলবা নঙতবু
ফংগে তাল্লুই মীকৃপ খৃদিং
ঈহৌবি অবেম্বদা মিংকী পিবাং
উবীনবা লৈতে তাইবঙসিদা ॥০॥

হৌখিবা পুক্স মীকৃপ্তা
মূনা যেংর্জখি নহাকপু
মিতাজখি চোকথবা নাইদ'
লেপচবা ফংখিদে ননাক্তা ফাওবা ॥০॥

কপ্লা কপ্লা লোম্ন' স্ পুস
নঙগী ব্লাখলদা ওইবসু লাইমন
থবাযনা হকচাংদা লৈবিমখৈ
ঙাইখিনি অসুম লেপ্প লৈত ॥০॥

ফজ নুংঙাইনা থল্লবা পুন্সিসে
নীঙবা কাযববা তাইবঙদদি
অরাবা মঙলান্নি, অবেম্না মপোক্নি
নীংঙমদনা যৌবনি অবোযবা পন্থুং ॥০

ইং ১৯৮৩)

# পামজদে খোইমু পামজদে

পামজদে খোইমু পামজদে
চিবোলনি লোইনা চিবোলনি
পোমশাৎনবিবী লৈবাংনি
নুংশি কাইহৌবিবনু ॥০॥

লৈবাং লৈহি চেল্লিউঙে
শীঙেল লৈনম যাওবিউঙে
চুপ্পনি ঙংলনি নাপদা লোম্না
চীবোল্লনি লেপ্পাইদনা ॥০॥

লৈবাং লৈকা চোইবদা
হন্ন যেংলমদে' পাইখৎনি
শীঙেল তেংথা তাবিবোই
লৌনম চাউবা নহাক্লি ॥০॥

মপুগী লৈকোলনুংসিদা
চীক্লা লোয়া শাৎচগে
লৌনম চীবোল য়াংমদা
লৈবাং ইদোম শাৎচগে ॥০॥

(ইং ১৯৮৩)
শৈশকপী ঃ এ কমলা দেবী, এ আই আর ।

# য়েন্নীংথা নঙনা লাক্লবদা

য়েন্নীংথা নঙনা লাক্লবদা
নামিবনা লোইন ওইবগদা
পুবিখো নুজা ঈপাওসে
তম্নীক নুংশি মকাদা ॥১॥

লৈবাং লৈখল শুনদি
থম্মোয় লংলানা লেংদুনা
অকেনবা শীঙেল খৃজোক খৃজোক
মাংলেম শীন্না চাইদুনা
ঈংলদা শরত থাবলদা
চুইজহৌই তম্নীক ॥১॥

লম্ফাংলবা তাইবঙগী
মল্লবা পুক্সি ঈপাক্লা
মিংলু লাইজ ঈহৌনা
ঈদোম তরংলেনপুনা
নুংশি মাযকৈ যেংজহৌই
পাউদম্নীক নহাক্লা ॥১॥

(১৯৭৭)

# মীনম চাউবা তমথীবা পিবাং

মীনম চাউবা তমথীবা পিবাং
কবিগী শিন্থবি কায়নবদা ।।০।।

মাগীনি হায়না খল্লিরৈঙেদা
ইকাইথীবী শাহৌবা মিৎচি
কবিগী শিন্থবি ঙসিদি পিবাং ।।০।।

থম্মোয়দ থম্মোয শিন্নদুনা
শাইনোল্লক্তা তাখিবা রাশক
কবিগী খুন্নক্তে পিবাং নঙনা
লীজগে নীংজবা নীংজবা রাবী
শকচগে খল্লন্না অশেংবা রাশক
হৌখবে ওইখবে অবেন্না মঙলান ।।০।।

শেংনবিবা শীঙেল নাচোম
কাইহৌবিবা কপ্পা-কপ্পা
হাযখ্রনি মানা মীনুংসি খঙদে
নীংশীংহৌবা নুংশি রাবী
ফোঙহৌদ্রবা চান্নবা পাউখোঙ্
যেকহৌবনি থম্মোযনুংদা ।।০।।

(ইং ১৯৬৫)
সৈবাংবা এ কে জয়কুমার সিংহ

# লম্লান কাগী নুংশিবী

লম্লান কাগী নুংশিবী
থব্রাযগীদি চান্নথোইবী
কাউবববা নহাকপু -
নুংশি শবী ব্রাশকতো ? ॥০॥

তম্বীবম্লে নুংশিবদি
থম্মোয ঈনোং কাহল্লে
তূমদুনা লৈজবা ব্রাখলসু
নৌনা মীকপ থোকহল্লে ॥০॥

পলেম ঙমসি ব্রাশক্র
পম্ব্রৌ ঙমসি তেমশীংন
মীনোক মৈশা লাংলকপদা
অকাউ পবৈ চনশিন্ন
শানৌ শামাই লৈবগেবা ? ॥০॥

খৃৎনা শোক্ত্রিবী লৈবাং ও
তনৌবিবী নুংশিথোইবী
মালেম মচেৎ তাপ্রবসু
নুংশিবদি মাঙবা নাইদে
উৎলমখিনি নশুংলাংগী ॥০॥

(ইং ১৯৮৪)

# শাংলো ইতা রারক-কুন্দো

শাংলো ইতা রাবক কুন্দো
শাংলো ফুগাযনা শাংলোনে
শককে ঐনা ঈশৈদুম
শৈথাদুনা নহাকপু ॥০॥

নাচোম লৈচল যাদ্রি সু
পরেং ওইনা লেংলু সু
শাবা [illegible] [illegible]
খুদোল লৈবাং ওইদ্রি সু
শককে ঐদি ঈশৈদুম
শৈথাদুনা [illegible]কপু ॥০॥

নিংথম কাঙ্লেন কাংদনা
নাকেনা থাদু [illegible]দনা
রাবক্কী কুন্দো পরেং পরেং
বাগিনীগী ঈপেন্দনা তাউদুনা
শককে ঐদি ঈশৈদুম
শৈথাদুনা নহাকপু ॥০॥

(ই° ১৯৮৩)

# করিনুংগী উজরুবা মাবু

কবিনুংগী উজকবা মাবু
কবম থেংনকবা খঙহৌদনা
মদুগী মহৈবা মৈচাক অসে
খাঙবা ৱাবে ঐগী পুন্সি ॥০॥

শম্লাংলক্কী নুংশি মিংথেং
হৃগী তেলবু ওইবমলে।
শীদিবস্বা নুংশি ৱাশক
লৌনম লাংবু ওইবমলে
মক্রুবা ঐগী পম্মোযসে
লৈকংলাবু ওইহল্লে ॥০॥

লৈশম চাউনী কেতকী
থৌবরা তিংখং পাম্লল্লে
শক্তাবু গুলাব লৈনুংসি
লৈখোক্রা লীম্দু যেংলল্লে
অপাম লাংদা থুকবা ঐদি
চৈনা ফংলেদো থম্মোযসে ॥০॥

(ইং ১৯৮০)

# নাইতোম লেপহৌরে ঐদি

নাইতোম লেপহৌবে ঐদি
লম্মাঙনবে পুন্সি লম্বীদা
মন্নবা পুন্সি খোঙনুঙদা ॥০॥

হন্দোকপীনুবা লমজিংবা
থাদোকপীনুবা ঐহাকপু
কল্লবা নোংলৈ লকসিদা
কবম ইদোম লেনগনি
লেপ্লিখো অমুক্তা ইনাক্তা ॥০॥

মঙাল পৃন্না মাঙত্রবা
পুন্সি খোঙনুং খৃদিংদা
মাঙবা নাইদ্রবা থবাযনা
কপ্না কপ্না থিবিদো
লেপ্লিখো অমুক্তা ইনাক্তা ॥০॥

(ইং ১৯৯৪)

# লোক্তাক ঈপাক নুংশিবী

লোক্তাক ঈপাক নুংশিবী
মৈতৈ থৱায় ওইবিবী
ঈবেল নঙবু পুকতপ্পী
মাঙবা য়াবোই নহাক্তি ॥০॥

মাঙবা তাবা যাদ্রবা
সনা লীক্লু কযাগী
ৱাবী ৱাখোঙ্ অথূপপা
কয়া অমা লোৎলিদো
ঈবেল নঙবু পুকতপ্পী
মাঙবা যাবোই নহাক্তি ॥০॥

ঈবেল নঙগী পুক্সিনা
কংদুনা মাঙবা মতমদা
কুমজা কুমওন কযাগী
ৱাবী শীংবুল পুক্সিবা
খঙবীনবা লৈতনা
মাঙখিবদি শোযবোযদো ॥০॥

(ইং ১৯৯২)
সৈবাংবা ঃ বোবিন্দ্রো
খোঞ্জেলঃ বোবিন্দ্রো (মণিপুরী সহিত্য পরীষদ অধিবেসন)

# কাউগে খনবা শক্তমদো

কাউগে খনবা শক্তমদো
মযেক লাবা হেল্লক্লি
মৃৎনাযদনা যেক্লবি
ঐগী থম্মোয লাযুমদা ॥০॥

নাবা পুক্সি ওইঙৈগী
নঙগী নুংশি মীনোক্তো
কুমজা কুম ওন যাল্লগা
থম্মোয মৈচাক ওইববি ॥০॥

নঙনা মিতাজখিব
ঈঙাত কযা পীখিবা
পত্তলবা নুজা ওইবনা
নুংশিববু মীবাযখি ॥০॥

মাঙবা নাইবা হকচাংসে
তিনখ্রসনু মালেমদা
শিদ যাইবী থবাযনদি
ফংজগেকো নহাকপু ॥০॥

(ইং ১৯৮৭)

# য়েংহৌরি ঐগী থৱায়না তত্তনা

য়েংহৌবি ঐগী থৱায়না তত্তনা
নঙনা চৎখিবা লম্বীদা অসুম
লাংতক্রুবা মিৎযেং লোয়ননা
কাযনবই মিকুপ্তুগী ইবান্নী ॥০॥

চেক্লাগী নুংশিবা শৈশক খুদিং
লিবি মালংগী মেঙলবা শউম
নিল্লবা সহবগী লম্বী লমশাঙ্
তাবি নঙগী খোঞ্জেলবু ওপুনা ॥০॥

তামখ্রবা নঙসে কযাদা নকলিবা
শহুমদি ফংলিনে মীকুপ খুদিং
ঈনাক্তা ফম্বগুম ফাওবিনে পূক্রীংদা
উর্বদি ফংদে কৈদনো নহাকপু ॥০॥

কবম্বা পুংজাদা, যাইফবা মিকুপ্তা
ননাক্তা চৎকনি নহাক্কা উন্ননি
থৱাযনা চেক্লা ওইদুনা ঐহাকসু
লাকচগে ঈংলবা নশাইগোন্দা ॥০॥

(ইং ১৯৮৫)

# খল্লি নঙনা

খল্লি নঙনা ঐবু লান্না
পুক্নীংগী ৱাসে খঙবীদে
মিৎতগী তাবকপা পিবাংসে
থম্মোয়গী ঈহৌনি উবিদে ॥০॥

ঐগী পিনা মবোল থোক্লবা
থম্মোয়সে ঐগী উৎচবা ঙল্লবা
খঙলমগনিকো ঐবু নঙনা
কয়ামুক নুংশিজবা নঙবু ॥০॥

শোয়বা নাইবা তাইবঙনি
ৱাখল থেনবা মীওইপোকনি
ৱাহৈ কাবল চনখিবা পৃম্বা
ঙাকপিযুকো ঐবু নঙনা ॥০॥

(ইং ১৯৮৯)

# লাকপিবনু ইনাক্তা

লাকপিবনু ইনাক্তা
থম্মোয় মৈচাক হাপ্পিবনু
মায়থোঙদুনা শুঙ্কাৎতুনা
পূক্লীং ঈবাং হৌহনবীনু ।।০।।

ফংলবোই খঙলবা নহাকপু
যেংলুই লোন্ন, লোন্ন কয়া
অবেম্বনি খঙনা খঙনা
নঙবুতবু নীংশীংলকলি
নঙবুতবু শোন্নীংলুবি ।।০।।

মাযকৈ মাঙলবা হিবোইদা
মঙাল পীবা নোংথাঙগুম
নঙগী নুংশি ব্রাহৈদা
হবাও মীনোক তমজবা
মিকূপ' মতংগী ওইবমলে ।।০।।

(ইং ১৯৯০)

## চৎখিনু ঙাইখো নহাকপু

চৎখিনু ঙাইখো নহাকপু
পম্খৌ ঙম্সি তেমশিংনবা
পলেম ঙম্সি ৱাশক্রুবা
নুংশি নঙবু কাউববা ? ॥০॥

অদুঙৈগী থাবলদা
নুংশি ৱাশক থমদুনা
থাজ মানা সাক্ষী ওই
পৃক্লীং ৱাকোং তমখিবা
হায়মৃ কবম কাউসিংগে ॥০॥

ওইন চাউবা নহৌশা
থোয়চৎনবা নবমচৎ
কাযন চৈথেং পীদুনা
উদশিন্না কাউশিন্না
পাখং শামায লৈবগেবা ? ॥০॥

(ইং ১৯৯১)

# হো ঐনি, পাউজেলফবা মালংবা

হো ঐনি, পাউজেলফবা মালংবা
ননীংতম্না হংলো লাউ
তম্বীকগে মঙোন্দা
নুংশি মপাউ অথূপপা ॥০॥

মফম খূদিং শীন্না পাইবা
তাইবঙ যাওন্নবা ঐনি
কায়ন মৈচাক অবোন মপাউ
তন্মো লাউ ! হংলো লাউ ॥০॥

কাযন মৈশা লাংবনা
চোকথববা নশানৌগী
নুজা শাইনোল মবক্তো
লোন্না পাউবু তন্নগে ॥০॥

অন্না নুঙাই হোংনা লৈবা
তাইবঙ মপোক্লি কাউববা !
চীবোল হৈবা মালংবা ঐনি
কোযনা পাওদম্বীকগে ॥০॥

(ইং ১৯৯৪)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমার সিংহ
শৈশকপা ঃ নবা ভেলকেনো

# করম্বা মীকৃপ্তা মহাকপু উরুবা

কবম্বা মীকৃপ্তা মহাকপু উকবা
কবম্বা পূংজাদা থম্মোয়বু হূখিবা
চৎখবে য়ৌখবে থৱায়দি ননাক্তা
পীবম্লে মৈচাক্তি খাঙঙমদনা ।।০।।

মৈবান্না ঙাওবগুম মৈবিদা
চৈনা পূম্না ফাওনা ফাওনা
মীনোক মীশা কিদনা ঐসু
লাক্লি নুংশি নকা তম্না ।।০।।

চৎনবী শম্বল ৱাংমদা নঙনা
মীনোক মৈশা 'লক্তা ঐনা
ৱাংম ৱাংমগী তোর্বান্দা লেপ্পুনা
ঙাইহিবি যৌবাংনা মথংগী মপোকতো ।।০।।

(ইং ১৯৭২)

# শেন্নহৌদ্রবা মীকৃপ' মদা

শেন্নহৌদ্রবা মীকৃপ' মদা
লাকখি নঙনা ঐগী পুন্সিদা
মমদুনা লৈবক্না পৃক্লীং ৱাখল
মঙাল পীবখি নহাক্লা ।।০।।

নহাক্কী ৱাহৈ অমনা
পৃক্লীং থম্মোয় শুম্বাৎখি
লেপচখি নঙগীদমক ঐহাক্লা
কৎথোকখি থৱাযসে নফমদা ।।০।।

হোংবা নাইবা তাইবঙ খোঙচৎনি
থেকখোযবা পুন্সি হিদেন্নি
তাউথখি নঙসু ঈচেলগী তোবৈদা
লৃপহৌবে ঐদি ঈবোয়ুংদা ।।০।।

(ইং ১৯৮৭)

# লাক্লোগবা থবায়গী থবায়

লাক্লোগবা থবায়গী থবায়
লেপ্লিয়ুনে ঈনাক্তা লেঙদনা
মীনোক্কুনিনে ঐনা পামজবা
মেঙল ৱাহৈদুনি খোয়দাজবিবা ।।০।।

উজনীংনা নুংশি শক্তম
কৌজবি নঙবু লেপ্লাইদনা
তাজনীংনা নুংশি নপাউ
তত্তনা হংলি মালংবদা
চৎনবী পন্না ৱাংখিবনা
নুজা ঐবু কাউখ্রবোই ।।০।।

চীক্লা ঙানবী থাবলদা
মীনোক ফজবী থবানগী মাঙদা
নীঙোল নাপ চীক্ল তূমিন্
পূক্লীং ৱাফোং তন্নীখিবা
হৌখবে লোইখবে ঙসিদি
নীংশীংবতা মঙাইবে ।।০।।

(ইং ১৯৯২)

# লেপহৌরি ইদোম পুন্সি খোঙনুংদা

লেপহৌবি ইদোম পুন্সি খোঙনুংদা
মুৎখবে ঐগী আশাগী থৈবি
নুংশি চীবোল ৱাহৈদা
কৎথোক্লুবে ঐগী থম্মোয় ॥০॥

মনিনি খল্লুবে লীক্লি মচেৎপু
তিংখং পাল্লি কাউকবে গুলাবকী
মায়া ফিজং মকমদা লেপ্পুনা
ঈশানা ঈশাগী মৈচাক হাপচবে ॥০॥

নংগী শক্তম্না মফম খুদিং
অবাবা পীববি অহিং নুংথিলদ
নঙাদ নোক্লি হবা ওনা লেল্লি
নুঙাই ঈবাংদা তাওবি পুন্সি ॥০॥

(ইং ১৯৯২)

# ঐগী ঈশৈগী সুর ওইরিবা

ঐগী ঈশৈগী সুব ওইবিবা
মযেক্কী হৌবকফম ওইবিবা
কৈদনো নঙবু লাকলো ইনাক্তা
পৃক্লীংগী অমম্বা কোকহনবিবো ।।০।।

থিংত্রবসু তাইবঙনা নম্বী থৃদিং
কোযত্রবসু চৎনবী শম্বলনা
লাকউকে মঙলান্দা অঙীং থৃদিং
তমজগেকো পৃক্লীং পাউদম ।।০।।

সুব কাযনবা পৃক্সি ঈশৈসে
চুমথোকপীবো থবক্স ওইব।
মঙলান তাইবঙ অনীমক্তা
ঙাইর্জাব •. -দু খৌবাংনা ।।০।।

(ইং ১৯৮৫

# লৈমন চল্লবী লৈবাংনি ঐদি

লৈমন চল্লবী লৈবাংনি ঐদি
নৌনা লৈশাং তল্লবোই
খোইমু শযোম ইল্লবোই ।।০।।

লৈখোঙ শোল্লনু হে মালি
লাঈজ খীক্লনু মযোল চোংলবোই
খোইমু শহুম তাবদা
লৈবাং মীনোক তল্লবোই ।।০।।

বসন্ত পাউজেল ফংবদা
উনাবক্তা লোৎনা লোৎনা
খোইমু মাযথোং যেংবদো
পামজদবে ঙসিদি ।।০।।

লৈনা ঐগী তনীকলে
শোক্লনু মালি শোক্লনু
বসন্ত মালংবা লাক্লনি
কেনজবগে মতম্বাক্তা ।।০।।

(ইং ১৯৯৮)

# কবি হায়না পাউদমসিগে

কবি হায়না পাউদমসিগে
মীগী মচা লোইযুম্বা ,
হয়া হন্না পাউহংলনু
রাখল লংজীল পূনখবে ।।০।।

ইকাই থীবী ঈহৌশা ,
নুজা নৈবাং পুন্সিনি
পক্লীং যাবা ফোংঙমদে
থম্মোয ঐগী তনীকলে
ঈবে নঙবু ইকাইজৈ
ঈদবে নুজা লৈঙমদে ।।০।।

নুংশি কবম হার্যসিগে
মাই কবম খুমসিগে
খোইমু গুম্বা নবমচৎ
নজা ঐনা কিজৈদো
হোংবা নাইবা নহৌশা
থম্মোয় ঐগী মিপাইজৈ ।।০।।

(ইং ১৯৯০)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমার সিংহ

# কাইহৌরনু মালংবা

কাইহৌবনু মালংবা !
লিবি খোঙ্‌দোই হুন্ননু
পোংথাফম খঙদ্রবা থম্মোযদা
নৌনা মৈচাক হাপ্পনু ॥০॥

খাম্বী মৈনা চাকপদি
লাইজ মানা মকল্লি / মৈমুৎনৈ
লকানুংগী মৈচাক্তি
থম্মোয ঐগী খাঙঙমদে
নুংশি মপাউ নুংঙনবা
নাপ চীক্লা তম্লানু ॥০॥

লৈবাং লৈনম ফংবদা
লৈশক লৈচু খন্দবা
লৈহী চুপ্পা খোইমুনি
লৈবাং লৈনা চোইবদা
হয়া কৌবা যেংবিবোই
নুংশি লৈনম যেনখিবোই ॥০॥

(ইং ১৯৮৯)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমার সিংহ

# কাউগে খনবসু কাউঙমদে

কাউগে খনবসু কাউঙমদে
নীংলোই নীংবসু মঙমদে
থব্লাযনা চেক্লা ওইদুনা
কোযনা থিবি নহাকপু ।।০।।

ইঙলবা শবতকী থাবলদা
অতিযাগী থাকল মখাদা
থব্লানগী ফীজং মকমদা
নুংশি ব্লাবী শানখিবা
থম্মোয মশক তাক্লখিবা ।।০।।

মালংনা কাইদ হুম্বদা
চেক্লাগী নুংশি তেংথাদা
খল্লবোই খন্না থমজবা
থম্মোযদা লোৎপা মৈচাক্লা
থোইনা হেন্না ঈব্লাযবে ।।০।।

(ইং ১৯৯৮)
সৈবাংবা ঃ এ কে জযকুমাব সিংহ

# কনা লৈতে ইনাক্তা

কনা লৈতে ইনাক্তা
ঈপাম লমদম পাংলমদাই
ঐগী অবোযবা মীকৃপ্তা ।।০।।

পলেম পম্বৌ লৈতবে
ইপাবি ইমোম উদবে
মকুপ মপাং মাঙখবে
কনাসু লৈতবে ঙসিদি ।।০।।

কদায় বসন্তই অযুক্তি
কদায় শবতকী থাবলদি
কদায় ঐতগী ইবলদি
কদায় পুন্সি খোঙলোইদি ।।০।।

অমুক হন্না ফংলবোই
থাংসিগী পাউখুমদি
হংনা হংনা অসুম অসুম
হল্লগনি ঈপাম লমদম ।।০।।

(ইং ১৯৮৫)

# মঙলান্দা তাউরে ঐগী পুন্সি

মঙলান্দা তাউবে ঐগী পুন্সি
ঙমদবে ঝাহৈনা ফোঙদোকপা
মল্লবা সমাজগী চেনালক্তা
যাওখবে ঐগী ঝাবীসু ॥০॥

লৈবাংগী লৈকা লৈকাদা
হৈবাংগী হৈপাল হৈপালদা
কোযনা পাইবা খোইমুশিংনা
তাক্লি লেপ্তে পুন্সিগী মশক ॥০॥

নুমিৎ থা থন্নানমীচাক
লেঙলি পাল্লি খূদিংমক্তা
লোন্না ঈশ্নীত পীবীদুনা
তাক্লি লোপ্তে পুন্সিগী মশক ॥০॥

(ইং ১৯৯৫)

# নীংশীংলিবব্না নহাকপু

নীংশীংলিববা নহাকপু
অদুঙৈগী উমংদো
শাৎলম্বদো নৈখল শুনা
হৌবম্বদাই উপাল ব্রাপাল ।।০।।

তলা পামেল উশাদা
য়েৎকা ওইগা তোংদুনা
হবাও তযাম লেনজবা
নুংশি চীল্লোক্লজবা
উমংদুগী হৈপাল লৈপাল
লৈবমদবে ঙদিদি ।।০।।

মালেম মফম থুংনদি
শাখপ তোযনা পাইকবা
কাযদোংফম উপাল লৈবমদ্রে
খৌবোম থন্না থকচবম্বা
চীংজুম লাইজসু কংলমলে
থম্মোয ঈচেলসু শোম্বুবে ।।০।।

(ইং ১৯৮৯)

# লোইখরে নুংঙাইবা মতম

লোইখবে নুংঙাইবা মতম
উববোই নুংশিবা শক্তম
মাঙখবে পামজবা সুব
তৎখবে বীনাগী তাব ।।০।।

হাঙহৌবে থম্মোয় মদোম
নীংশীংবতা ঙাইহৌবে
হাঙলবা ৱাখলতা লৈহৌবে
মিৎলু পিবাং শিন্থহৌবে ।।০।।

ঙাইবমগেকো অশিথেলদা
খবায়না চেক্লা ওইদুনা
পাইবকউকো চান্নথোক্‌ইবা
লেনম্মিন্নসি ইবান্নী ।
তৎন' থানদ মফমদদা ।।০।।

(ইং ১৯৯০)

# ওকচরি হে অনৌবা

ওকচবি হে অনৌবা '
আশা কয়াগী যাওন্দা
অনৌবা ৱাখল ঈহৌদা
শৈহৌ ঈশৈ শকহৌবো ॥০।

লোইশিনবা ঙমজহৌদ্রবা
মল্লবা লূবাক তাবূসে
অবোল অথূপ পূম্বসে
অনৌবা নফমদা শিন্নবম
অবীবা ঐদি হল্লগে ॥০।

শেম্বা লোইজবমদ্রিবা
ৱাখল পবিং পূম্ববু
অনৌবা নঙনা শেম্লকউ
অৱাৎ অপা যেংলকউ
হল্লগেকো ঐহাক্তি ॥০॥

(ইং ১৯৯৫)

## কায়নৱসি অৱীবা

কাযনবসি অবীবা
নঙগী খোঙ্গুল মাদুনা
অনৌবা ৱাখল ঈহৌদা
শৈহৌ ঈশৈ শকহৌগে ॥০॥

শেম্বা শাবা হৈজগে
লৃবাক তাবৃ হাংজগে
অবোল অথূপ পৃম্ববু
চৎন পবিং পথাপপু
অবীবা নঙনা তাকপীয়ু
অৱাৎ অপা য়েংবীয়ু ॥০॥

চৎন পথাপ খঙজদ্রি
ফোঙদোকচবা ঙমজদ্রি
ৱাখল পবিং অচৃম্বা
ৱাবী শীংবুল পুক্সিবা
অবীবা নঙনা তাকপিয়ু
অৱাৎ অপা য়েংবীয়ু ॥০॥

(ইং ১৯৯৫)

# ঙাইজরকপা কুইরেদা

ঙাইজবকপা কুইবেদা
লোইদাম থাজ যামলেদা
থাযনগী লৈবাং অমনবা
য়েংজনীংঙি ঐহাক্তি ॥০॥

চীংঙু থাংজীং হবাওৈঙ
লৈবাক নিংথৌ তিল্লকৈঙ
অমুদোন নোংযাই মহাক্না
লাংজখিবা লৈবাং লৈ
মেলৈ লৈম্না নোংজুমপাল
চীংমায থন্না শাংলকপা
য়েংজনীংঙি ঐহাক্তি ॥০॥

শাবি মেলৈ লাংবদা
মচা ইরেম্মা থোইবীনা
লৈখল শুনা লেংব লৈ
লৈবাং পবেং অচুম্বা
নোংযায় খুৎতা শিন্নবা
নীংশীং ঈপোম লাংন থাং
ঙাইজবিবী ঐহাক্তি ॥০॥

(ইং ১৯৯৯)
সৈবাংবা ঃ (ত্রেদিসনেল ফোক) এস নদীযা সিংহ

# নীংশীংলি ঙসিদি নৌহৌনা

নীংশীংলি ঙসিদি নৌহৌনা
পাখং থম্মোয় শিন্নখিবা
নীংঙোলনা তবাম্না ওকখিবা
কবম কাউনি ঐহাক্না ।।০।।

নহাক্কী মোমোন মীনোক্তো
শাগৎচবা মঙলান্দো
শুঙ্কৎপা মিৎম্না থম্বালদো
লাপহৌবেদা তামহৌবে ।।০।।

থব্রায ওইবী পাম্মুবী
খোয়দাজবী নহাকপু
শকউদবনা ব্রাহল্লে
মতম মানা মুনবীবে ।।০।।

থাজ মাসু উহৌই
লাইজ ঈপাকসু তাহৌই
নঙগী ঐগী ব্রাশকতো
কাউঙমদ্রিদো চান্নবী ।।০।।

(ইং ১৯৯৫)

# লাক্লে ঙসি ঐখোয় পূন্না

লাক্লে ঙসি ঐখোয় পূন্না
হিংলি ঙসি ঐখোয পূন্না
তাইবঙ মালেম ফম্বাক্তা
অৱা নুংঙাই পুন্না তম্বা ।।০।।

পাঙলসি ঐখোয়গী ইথৌ
খাঙলসি অৱাবা পূম্বা
মালেমদা মিংচৎ থনমসি
থাদোক্লসি ওইজবা পূম্বা ।।০।।

চীংমী তম্মী হিন্দু মুসলমান
হিংমিন্নসি ঐখোয পূন্না
ইমা মত্তই মচানি
চান্ন-চিন্ন' হিংমিন্নসি লাউ ।।০।।

অচুম্বা ফজবা ৱাখলনা
হিংমিন্নসি ঐখোয পূন্না
ঙালহল্লমসি মালেম্বু
মুৎনাইদ্রবা মঙালনা ।।০।।

(ইং ১৯৮৫)
সৈবাংবা ঃ ভানুমতী দেবী
ট্রেনিং (গ্রুপ শোঙ)

# কায়খরে মঙলান, মমখরে মালেম

কাযখবে মঙলান, মমখবে মালেম
কংদুনা কেল্লে, থম্মোয লৈবাং
খুইদুনা মাঙলে আশাগী মযোল ॥০॥

ঈশৈগী সুব মাঙখবে লোইনা
হিংবগী মহাও যাওদবে ঙসি
ওল্লে লৈকংলা নহাক লৈত্রবদা
কযাম কুইনা খাঙখিনি অসুম ॥০॥

তাউজবদো ঐনা নুংঙাইবা কল্পনাদা
শেমজবদো ঐনা পুক্নিংগী লৈকোল
হুমদোকখ্রে কল্পনা মতমগী নোংলৈনা
ওনখ্রে মরুভূমি নহাক যাওদ্রবদা ॥০॥

(ইং ১৯৯২)

# কাউগে খল্লুবা মিংলেন্দি

কাউগে খল্লুবা মিংলেন্দি
থোইনা মযেক লাবকলে
মুৎপা কৌবা য়াদনা
চুখবে থম্মোয় লায়ুমদা ॥৩॥

নাৱা পুন্সি ওইবিবৈঙেগী
নঙগী নুংশি মীনোক্তি
নোংম নোংম অসুম অসুম
মযেক শেংবা হেল্লকলি ॥৩॥

মাঙবা নাইবা হকচাংদি
তিনখ্রবসু মালেমদা
শিদ যাইবী থব্রাযর্নদি
ফংজগেকো নহাকপু ॥৩॥

(ইং ১৯৬৭)

# নঙগী নুংশি মীনোক্পা

নঙগী নুংশি মীনোক্পা
থম্মোয় বন্দি ওইহনবিবে
নঙগী মিৎচি মিৎলৈনা
হৃদয়ে ঐগী পৃক্নাংবু ।।০।।

থাদোকশীবে ঙসিদি
শেংলবা ঐগী থম্মোযবু
খঞ্জবম্বা ঐগী ম্বাখল
শাগৎচবা নুংঙাই-মঙলান
অবেম্বদা তাবেদো ।।০।।

শেমজকবা আশাগী ফুবা
নীংখাযবা তাবে ঙসিদি ।
ঐনা ম্বাবা উবগা
থম্মোয পেন্না যেংঙুকো
নঙগী নুংঙাইবা ওইযুকো ।।০।।

(ইং ১৯৬৯)

# নৈহৌৱোকো চৎলগে

নৈহৌবেকো চৎলগে
মপুগী শিহ্না তুংইন্না
তাইবঙ লীলা লোইবেদো ।।০।।

কায়নবা তিন্নবা মতম্না শেম্বনি
অবা-নুঙাই পৃম্না মাগীনি
নুংশি মিৎয়েং মখাদা মাগী
(ঐগী) পুক্নি শক্তম শেম্নক্নি ।।০।।

কনাসু ঙাইবোই কনাসু য়াওবোই
ইথন্তা লাকপনি, ইথন্তা হনখিনি
মাসু ঐসু নংসু অমত্তনি
তুংনফমসু অমত্তনি ঐখোয় ।।০।।

(ইং ১৯৭২)

# হো ইচে ঐসু লাক্কে

হো ইচে -
ঐসু লাক্কে নঙগী ননাক্তা
ঐদি কিজৈ ইতোন্তা লৈহৌবা ॥০॥

নহান তাদ তোশ্বীনা
ভূতকী ৱাবী কয়া কয়াসু
লীবিখি ঐঙোন্দা
অদুনা ঐদি লৈহৌবদি
যাম্না কিজৈ
অমুক্তদি পুবিযুনে ইচে নঙনা ॥০॥

নোংমসু ঐখোয' ইমানা
হেলোইগী ৱাবী কিজ কিজবা
লীবিখি ঐঙোন্দা
ইথন্তা লৈবা যাম্না কিজৈ
ইচে ঐদি
অমুক্তদি পুবিযুনে ইচে নঙনা ॥০॥

(ইং ১৯৮৪)
সৈবাংবা মুনান (এ আই আর)
চিন্দ্রেল প্রো.গ্রাম

১০০/ শেল্লসি ঈবমদম কল্লসি ঈবৈবাক

# কাউজরোইনে নহাকপু

কাউজবোইনে নহাকপু
থব্বায়গী মবুংঙো ফজবা ' ।।০।।

পলেমগী নুংশিবা তম্বীবা
পম্বৌগী মশক তাকপীবা
অব্বা নুঙাই খঙতল্লিবা
পোকপা মহৈ যালহনবিবা ।।০।।

লম্ফাংলবা পুক্সিনি
মাযকৈ লেপ্লা লুবনি
অচূম্বা লম্বী কদাযনো
তাকপীযুনে অমুক্তা ।।০।।

কবি কৎকনি নঙোন্দা
নঙগী নবল ঙাক্কনি
থম্মোয লৈবাং নৎতনা
লৈজদে র্কবিসু ননাইগী ।।০।।

(ইং ১৯৯৩)

# রাধিকাগী চান্নথোইবা

বাধিকাগী চান্নথোইবা
শ্রীকৃপিয়ুনে নুংশি লাইজ
শ্রীকৃপ খুদিং মতম খুদিং
ননাই ওইনা থম্বীয়ুনে ।।০।।

গবর্দ্ধনবু থাঙ্গৎতুনা
ব্রজপুম্বা কনবিখিবা
কনবিয়ুনে ননাইবুসু
ময়া ঈপাক ঈযায়দগী ।।০।।

ধ্রুব ন্যাবদ প্রহলাদনা
ফংঙমদ্রবা শ্রী চবণ
তোল্লবী ননাই ঐন্দি
পামজকইনে থম্মোযনা ।।০।।

অবোয়বগী মীকুপ্তা
লেপ্পীয়ুনে ইমাঙদা
থৱায় লৈবাং কৎচগে
পামজববা শ্রী চবন্দা ।।০।।

(ইং ১৯৯২)

# খুরুমজরি ইবুংঙো

খুরুমজবি ইবুংঙো
তাইবঙগীদি মবুংঙো
লেপচগেনে ননাইনা
নুংশিবগী কুযোম্মুংদা ॥০॥

কোবৌগুম মঙাল নাইহনবিয়ু
পামেলগুম লেঙদবা পীনবীয়ু
অচূম্বা মশক খঙহনবীয়ু
সেবাদা থরায় লূপহনবীয়ু ॥০॥

পামজদে ময়াইকাবা-তমথীবা
পামজদে চীবোল খাবোল
লমজিংবীয়ু অচূম্বা লম্বীদা
চিংথোকপীয়ু ননাইবু অমম্বদগী ॥০॥

পুন্সি থৌদাং পাঙজগে
পাঙ্গল থৌনা নীজগে
চঙজবি নখুযা থম্বালদা
থৌজালবিয়ু ননাইবু ॥০॥

(ইং ১৯৯৮)

# ঙাইহিরি ঐদি কুমজা কয়া

ঙাইবি ঐদি কুমজা কয়া
তোর্বানসিদা ফমদুনা অসুম
আশা অদুদা ওইবি অহীংবা
শব্দদা উন্তনা কৃপ্লবসু ॥০॥

উৎপিখি ঐঙোন্দা নহাক্কী ঈঙ্গিতনা
লাকখিনি হাযনা নোংমদি শোযদনা
ঙাইজবি অসুম নহাক্কী আশাদা
থরাযনা হকচাংদা লৈবিমখৈ ॥০॥

শৈথাবা ঙমদ্রবা নহাক্কী খৃৎশেন্থু
থরাযনা চেক্লা ওইদুনা ঐনা
কোয়না পাইনা মালেম শীন্না
য়েংজগে লেপ্পুনা মিৎসি পেন্না ॥০॥

(ইং ১৯৮৯)

# ঐদি ঙসি লাংদা থুরে

ঐদি ঙসি লাংদা থুবে
নঙগী ঈশৈগী লাংদ থুবে
কপ্লি লেপ্তুনা ঐগী থৱাযনা
মায়থীবা ফংদুনা নঙগী সুবদা ॥

লেপ্তুনা থাংলম্বা নাপলগী খোঙথাং
লেপখবে মীকৃপ্তা ৱাখলগী ৱাংমদা
কবিনো কবিনো খল্লকই পূক্রীংদা
চৎলগে নীংলুবে অনৌবা লম্বীদা
ঙমদবে ঐহাক্তা মায়কৈ লেপপা ॥০॥

খোঞ্জেলগী ঈনিলনা পঙথবে হকচাং
শুম্বাৎলে থম্মোয়সে নহাক্কী সুবদা
নুংশিবা ঈশৈগী ঈনিলনা য়ৈবদা
লম্মূক্লবে ঐদি পুক্নি লম্বীদা
হে - শক্লাইদবা সুবগী মবুঙো ॥০॥

(ইং ১৯৬৯)
শৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমাব সিংহ
খোঞ্জেল ঃ এ কে উশাবানি

# পীবিরো শিঙ্খা তাইবঙ মপু

পীবিবো শিঙ্খা তাইবঙ মপু
মাঙহনবীবো নাপল পুম্বা
থম্বীনু লাপ্পা ননাক্তগী
চিংশিনবীয়ু নখুয়াদা ।।০।।

নিজকদনা পীনবি নঙনা
থরায় হকচাং পুস্সিসে
ফংহনবিবিনে শান্নজবা
মালেমগী লৈকোন্নুংসিদা ।।০।।

মী ওইবগী পুন্সিদা -
নুংশিবগী শকলোন ওইনা
ঈশৈগী নুংশিবা সুব ওইনা
খীর্কাপয়ু অমৃত লেপ্প নাইদনা ।।০।।

(ইং ১৯৯৯)

 শেল্লসি ঈরমদম কল্লসি ঈরৈবাক

# হে শকনাইদবা ! চানবী হৈবা !

হে শকনাইদবা ! চানবী হৈবা !
কৌজবি নঙবু হন্না হন্না
লম্বী লমজিংবীযু নঙনা ।।০।।

পুক্নি লম্বী লম্মূক্লবে
লম্বী খূদিং মান্ননা উবে
চন্নবা রাখলনা পঙলবা পূক্নীংনা
হাযফম খঙদ্রে চমম্নবে ।।০।।

মাঙদা উবে চাওখৎ' চীংদোল্
কাজনীংগি মতোল লোম্না
মনাক যৌনবা পাম্বৈদি নৈতে
লমজীংবিনবা কনাসু যাওদে ।।০।।

রাখল নৌশিং থৌনা লিংজেল
পীবীবি নঙনা কবিসু রাংতে
মায়কৈদূতা উৎপীযু
খোঙথাং অমতা চিংবীযু ।।০।।

(ইং ১৯৯৯)

# কাউবা লৈতে নহাকপু

কাউবা লৈতে নহাকপু
থব্রায়গী মবুঙো ফজবা ॥০॥

পলেমগী নুংশিবা তন্নীবা
পম্লৌগী মশক তাকপীবা
অবা-নুংঙাই খঙহনবা
পোকপা মহে য়ালহনবা ॥০॥

লম্ফাংলবা পুন্সিনি
মায়কৈ লেপ্লা লুবনি
অচুম্বা লম্বী কদায়নো
তাকপীয়ুকো নহাক্রা ॥০॥

কবি কংকনি নঙোন্দা
নঙগী নবল ঙাক্তনি
থম্মোয় লৈবাং নংতনা
লৈজদে কবিসু ননাইগী ॥০॥

(ইং ১৯৯৩)

# লাক্লবোইনে ইতা লাক্লবোইনে

লাক্লবোইনে ইতা লাক্লবোইনে
নন্দগী মচাদো লৌনম চাউবনি
কোয়ন লৈহী থিবা খোইমুগুস্বনি ।।০।।

যূমদা হল্লি লৈফম খঙদে
থস্মোয় অসে থোইনা চাকলে
কদাযদনো থরায ওইবা -
কবিগী নতুং ইনহৌদ্রিবা ।।০।।

কুঞ্জ খূদিং খোম্থাং য়েনা
নুংশিবা বাঁশীগী ইঙলবা সুবদা
বাধা বাধা কৌবিবস্বদো
তাঁখদবে ইতা কৈদনো ।।০।।

ওইবে ব্রাথোকচাউবী বাধা লাইবকথীবী
কলঙ্কীনি মিংথোল ব্রজ শীল্লে
যমুনা ঈবোন্নুং থরায থাবগে
অবেস্বা মপোক্লি বাধা ঐসে ।।০।।

(ইং ১৯৮০)
শৈশকপী অশেম বিমলা
- (এ আই আব)

# থৌজালগী মশক ওইরিবা

থৌজালগী মশক ওইবিবা
চানবী হৈবা মপু নহাক্কি
নিজকবা নাইদনা -
পীনহৈবা নহাক্কি ॥০॥

কবিবু কংকনি নফমদা
কবিবু পীবগা পেনবীনি
নঙগী ঙাক্তনি উবিবা পৃম্বা
নঙনা শেম্বনি কংচবি পৃম্বা ॥৺॥

লৈবাংনা লৈনম য়েল্লিবা
নহাক্কী খৃংশেম ঙাক্তনি
মালংনা লিবি হুল্লিবা
নহাক্কা পাউজেল পীবনি
অমম অঙান শেম্লিবা
নহাক্কী অবোনবা পাউখোঙনি ॥০॥

(ইং ১৯৯১)

# কৌজরি নঙবু শকনাইদবা

কৌজবি নঙবু শকনাইদবা ।
তাইবঙ পূম্নবু য়োকপিবিবা ।
ভক্তশিংবু লানবীবিবা -
তোল্লববু কনবীবিবা ॥০॥ কৌজবি

কোবৌনা মঙাল চাইহল্লিবা
মালংনা থরায হাপ্লিবিবা
থাবলনা থম্মোয় ঈংহল্লিবা
লাইজনা পূক্লীং পেলহল্লিবা
মালেমসিবু শেম্লীবিবা ॥০॥ কৌজবি

পাক্লবা ঈপাক্তা কোঙ্গোলনি ঐনি
চাউববা মালেমদা উফুল মবীক্রি
কবিবু খঙগনি নহাক্কী পাউখোঙবু
কবম্না শিংগনি নহাক্কী লমনবু
তাকপীযু অমুক্ত পঙলব ননাইদা ॥০॥ কৌজবি

(ইং ১৯৯৫)

# চৎসি লাক্লো চান্নবী ইতা

চৎসি লাক্লো চান্নবী ইতা
অহীং ঈচীক হুল্লক্লে
কুঞ্জদা বাঁশী খোংলক্লে ॥০॥

ওইনচাউবা কালানি
প্রেমগী সেবা ফংহৌবোই
শুক্ষৎপা বাঁশী খোঞ্জেলনি
অমুক তাবা ফংলবোই
পুবীবো ঐবু চান্নবী ইতা ॥০॥

থরায়গী মপুনা পামজবা লৈবাং
লৈখল সুনা পুজবকলে
কুঞ্জবোন্দা পুবীবো ঐবু
শেম্নুবসি লৈগী শয্যা
শ্যামগী পূক্লীং পেলহনসি ॥০॥

(ইং ১৯৬০)

# অবেম্বনি ইতা অবেম্বনি

অবেম্বনি ইতা অবেম্বনি
বাধা ঐগী মপোকসে
মশুংলাংগী নত্তবা
ঝাথোক চাউবী ওইক্কবা ॥০॥

থম্বাল লকা মিংম্নানা
লোন্না লোন্না য়েংলম্বা
তঙাংলবা চীনবান্না
মোমোন মোমোন নোক্লম্বা
বাধা ঐগী থম্মোয়না
কবম কাউনি ইতাশা ॥০॥

কুঞ্জবনগী মযায়দা
লৈগী শয্যা শেমঙৈদা
চীবোল লৌনম ঝাহৈনা
বাধা পূক্লীং হূখিবা
ঙসিদি চন্দ্রা কুঞ্জদা
নীংঙাইদনা লৈম্রে মাহাক্তি ॥০॥

(ইং ১৯৬৪)

## খিজরি ঐনা নওতবু

খিজবি ঐনা নওতবু
মফম খূদিং চণ্ডদুনা,
উদ্রবসু মফম খূদিংদা
পীবদি লেপ্তু থৌজালদি ।।০।।

নহাক্না তষীবা খূদোলনা
মালেমদা লৈশাং তমজবনি
নয়াথংতবু তুংইন্না
শিষ্ঠা পূম্বা পাওজবনি ।।০।।

মঙালবু তুংইন্না নহাক্কী
চৎচবিবনি তত্তনা ঐহাক্না
পীবিবা থৌনা পাঙ্গলনা
তানজবনি ফজবগী লমদমবু ।।০।।

লৈশাং তমজগে লৈবাং লৈবক্তা
যেনজগে মালেমদা নুংশিবা লৈনম
তিনজগে পুন্সিসে নহাক্কী ঈবেন্দা
থাবগে ইবুংঙো ইশাগী পূম্বা ।।০।।

(ইং ১৯৯০)

# নুংশিবিয়ু ঐবু হে রাধে

নুংশিবিয়ু ঐবু হে রাধে
নঙদি ঐগী থরায়গী থরাযনি
প্রেমগী তূংনফম ওইবীনি নঙদি ।।০।।

ঐগী পুন্সিগী লন্নি নঙদি
তোল্লবা কৃষ্ণ ঐবু নুংশিবিয়ু
ব্রজদা ওইববে নংগীদমক
হূবানবা কৃষ্ণ তৌঙমবা শ্যাম ।।০।।

মিংথোল কযা ফংলিবা ঐনা
নশুংলাংগীনি হে রাধে
ঙাকপীযুনে চান্নথোইবী
চুডা বশীসে চবন্দা কৎচবি ।।০।।

(ইং ১৯৬৪)
সৈবাংবা ঃ ঐস শশীমুখি দেবী
খোঞ্জেল ঃ ভানুমতী দেবী

# হো হিরানবা ...

হো হিবানবা
মঙাল মশেক লোযননা
নৌবেল খুত্তা পায়দুনা
অবান খৃভম পাংলিবা
লানবিবন্মুনে অমুত্তা ।।০।।

পাক্লবা তাইবঙ ঈপাক্তা
শুক্র মল্লবা অহিংদা
তাউথবিবা পুক্সি হিসে
মায়কৈ শলাই খঙদবে
চাংজৌ উবা ফংদবে ।।০।।

হায়জবসু হৈজদে -
পীনীংঙাইসু লৈজদে
পিবাংতনা চাল্লবা
থস্মোয় থম্বাল কংচবি
লানবিবন্মুনে অমুত্তা ।।০।।

(ইং ১৯৬৩)
সৈবাংবা ঃ এ কে ব্রজবিধু সিংহ
খোঞ্জেলঃ একাশিনি দেবী, এ আই আর

# শ্যামগী বাঁশী খোংলক্লে

শ্যামগী বাঁশী খোংলক্লে
চৎলসিনে চান্নবী ইতা ॥০॥

বাঁশী খোঞ্জেল তাবকলে
থম্মোয অসে শুম্মৎলে
চৎলসিনে চান্নবী ইতা
ফংহৌবোইনে প্রেম সেবা ॥০॥

লৌনম হৈবা মহাক্নি
ওইন চাউবা কালানি
অমুক থিবা ফংলোইনে
বাঁশী মাযকৈ পাংহৌসি ॥০॥

শাৎলমগনি কুঞ্জ খৃদিং
লৈবাং কযা লৈকা ফন্না
লৈগী শয্যা শেম্নুবসি
শ্যামগী পূক্নীং পেলহল্লুসি ॥০॥

(ইং ১৯৬০)

# মনশেনবা চৎলমদাইদা

মনশেনবা চৎলমদাইদা
মচা অনীবু কৌবদুনা
শাহল্লি জগোয় যশোদানা ।।০।।

জগোয়গী (খোঙথাং) খোঙথাং খুদিংদা
তনীক তনীকপা সনা ফীগেনা
নোংথাঙ কৃষ্ণগুম হাইবক্লি ।।০।।

নোক্লা নোক্লা মর্মাবোমদা
জগোয় শাব-শাবদুনা
মাখন পীয়ু মাখন পীয়ু
মাখন পীয়ু নিবর্কলি
যশোদা মমাদা ।।০।।

চৎত্রগনি খল্লদুনা -
হন্না হন্না চুপচবি
মচা অনী লাইবক্তা
হন্না হন্না চুপচবি ।।০।।

(ইং ১৯৬৩)
সৈবাংবা ঃ এ কে ব্রজবিধু সিংহ
খোঞ্জেল ঃ এ কে জয়কুমাব সিংহ, এ আই আব

# নুংশি হৈতেদা শ্যাম

নুংশি হৈতেদা শ্যাম
অহীং নুংথিলদ নংতবু খঞ্জবী
তোল্লবী বাধানি কাউববোই ॥০॥

নহাক্কী দর্শনগীদমক্তা -
যাতি যুতি মালিকা
লৈগী শয্যা শেমজকবা
অবেম্বদা তাববোই ॥০॥

লোৎলমখিনি খঞ্জকই
তোমাল পাম্বী মকমদা
বাধাবু শুক্ষৎপা মাযথো ঙনা
মোমোন মোমোন নোক্লনা ॥০॥

কাযন মৈনা চাক্লবী
লাইবক থীবি বাধানা
কপ্লা কপ্লা খাওজবসে
উদ্রবোইদো নহাক্তি ॥০॥

(ইং ১৯৬৪)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমাব সিংহ

# ঐগী পুন্সিগী ঈশৈনি নঙদি

ঐগী পুন্সিগী ঈশৈনি নঙদি
ঐগী পুন্সিগী কবিতানি নঙদি
সুব ছন্দ পূম্বগী তুংনফম
থব্লায়গী থব্লায়নি নঙদি ঐগী ।।০।।

বাগ বাগিনী ঈশৌ কয়াদা
সুব ছন্দগী ঈথক ঈপোমদা
তাউহল্লো ঐবু নঙগী সুবদা
নঙতনি ঐগী থব্লায়গী তুংনফম ।।০।।

থম্মোয় ঈবাং হৌহনবা খল্লা
তাইবঙ পূম্বই পক্লীং চংঙম্ন
ফংহল্লো মঙাল ঐগী পুন্সিবু
নঙতনি ঐগী থব্লায়গী তুংনফম ।।০।।

(ইং ১৯৭১)
সৈবাংবা ঃ এ কে জয়কুমার সিংহ
খোংজেল ঃ অমমচা সিংহ , এ আই আর

# য়েংজবি নহাকপু মীকুপ খুদিং

যেংজবি নহাকপু মীকুপ খুদিং
উজবি অঙকপা খুৎশেমসে নঙগী ॥০॥

লৈবাংগী লৈকাদা লৈবিব
লৈবিক্কী মবক্তা যাওবিবা
জীবগী থম্মোয়দা লৈবিবা
মতোমবই পুক্নীংদা লেংলিবা ॥০॥

খঙজেযে ঐহাকসু নহাক্কী পাউখোঙ
উজেযে লোংলিদে ননাইগী পুক্নীংদা
চেনবা যাদে ই লোংপা যাবোই
চাংনবী ইচিবা খংথোক্নবা মতম লৈরে ॥০॥

(ই- ২০১৩)

